# আগষ্ট ১৫

[ উপন্যাস ]

অইবা : কে, এস, এইচ, তোম্বৈ সিংহ
জেনেরেল সেক্রেটরী
খা মণিপুর কলেজ, ককচিং

১৯৭৩-৭৪ ইং।

মমল লুপা ২.৫০

"লাইরিক অসি ফোংজবদা পুকচেল চাওরবা ইয়াম্বা, ইথুরাশিং অমদি ইন্দোলশিংনা শেল-থুমগী মতেং অমস্তুং থৌনা পীবিরকপা অত্নগা চিরবা মতমদা অরুবা কয়া তুংওইনবীত্ননা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি থনবীত্নুনা অহিং-সুংথিল থাক্তনা প্রেসকী ইচিল-ইনাও-শিংনা হোৎনবিথিবা, পুন্নমক মশীং নাইদনা থাগৎচরি ১স্তুং শিংঙম-দ্রবা লমন কয়া তোপ্লে থপ্তে।

ফোংজবা :—

মোহন্দাস অমস্তুং মংলেম

ককচিং।





অহানবা থুৎনম—কে.পী ১০০০

শোক ১৯৭৩ ইং, আগষ্ট

ছাপা নম্ফম :—ডি ফ্রেণ্ডস কো-ওপরেটিভ প্রেস, থৌবাল।

# A WORD OR TWO

*For the last few years there has been a luxuriant growth of young writers in Manipur. Creative writers in every language are to be encouraged. The present novel has something to convey to the readers -the patriotic zeal of which we should be proud Again the elaborate description of the fauna and flora of Manipur will deepen the sense of Manipuriness in the mind of the readers. May the original writings of such kind increase.*

( H. THANGLORA )
*Principal*
*Kha Manipur College, Kakching.*

*Dated 10.8.73*

-----

# 'কলেজ ইমাগী চরন্দা'

য়াংগংলবী সেকমাই তুরেলগী তোর্ব্বান্দা, পুকতপলবী চীংগী চীঙ্খোংদা, চীক্লা-ঈংনা ঙাম্থোইরিবী **'খা মণিপুর কলেজ'** কৌবী ইমাও; কুম খুদিংগী নোংনা চাম-থোক্লবা, কুমওন খুদিংগী য়েৌরকপদা 'আগষ্ট ১৫,'—নচানা করি কচনিংঙাই লৈজদবনা, মপুংফানা শাৎহলবা ঙমজদ্রবা, ঐগী লৈকোনগী লৈরাংশিং'সে পাং পাং থংতূনা লেংজবা

## "আগস্ট ১৫"

হায়বা উপন্যাস অসি, ইমাগী চরন্দা কচরি। মতম'সিদা—ইমানা হরাও-হরাও লৌশিনবিরক্‌না, মণিপুরগী মফম খুদিংদা লৈরিবা নমান্নবী কলেজ খুদি'দা--ইচাগী খুদোলসে য়েংউসে, "লৈনম য়াওদ্রবসু লৈশক ফজ, লৈশক ফজদ্রবসু লৈনম চেল্লি" হায়ঃনা হরাও-হরাও তথীয়ুকো, পুকফরবী কলেজ ইমাও—।

নহাক্কী :—

কে, এস, এইচ, তোমৈ সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী

খা মণিপূর কলেজ, ককচিং।

( ইংশোক ১৯৭৩-৭৪ )

তাং ১০।৮।৭৩ ইং

— —·—

# আগষ্ট ১৫

- —:(0):— —

## ——খোকপা

সন্ধ্যারাতিগী মতমদা, খুল্লক্কী মন্দির লৈবা মফম মফম খুদিংদা লাই সেবা তৌবগী সেম্বুং, মাঙ্গং অমসুং কাংসিগী মখোন্না খুল্লক্কুগী হেন্দোকখিনা অরাপ্পদা লৌরাং গুরুবগী কারকপা লৌমিশিংনা তারি। হারি খোংলম্বসু লেপখিহুনা কৌজেং হারৌনা মহুৎ শিল্লক্লি। চিংয়াদা উরাক পরেং পরেং পাইরম্বহু হৌজিক্তি চিঙদা খরা, খুল্লক্লোমদা খরা পাইশিল্লকতুনা মহুম মহুমদা চঙনখরে। অয়ুক নুংথিলগী মশা কেঙলবা উচেক কযা অমম্বা লাকপদা মতু শোম্বখরে। অয়ুক নুংথিলদা ইকাইথিবী চেক্লা কযানা নুমিদাংবা কপদা হরাওহনা মহৈ মহৈ পাইথোক্লরক্লি। উথুম কৌবী চেক্লা মাতদি নুংথিল নুংদাংখত্তুনা লৌবুক লমহাংদা তান থারি তুম তুম। কাগী অকোয়বদা হৌরিবা লৈরাং খিবিক্কী লৈনম্মা মচিৎ মচিৎ পাইশিল্লক্লি। মলয়া নুংশিৎ নামিদনা লিরি লিরি হুম্লকপদা থাবল্লে বৌবী লৈরাংনা শংকায়রহনা লৈনম য়েল্লকলে।

মতমসিদা প্রকাশকী মমানা চাকশংদা চান-থক্লবা শেম-শারি। প্রকাসকী মচন মেমীচানা মখুত্তা বতী পাংত্তুনা লাই-থাউমৈ কংলি। প্রকাসস্মু মাগী কাদা' মৈখেং খেং খেংতুনা ধুপ থাউমৈ থাগংলি। প্রকাসনা 'সাইড টেবল' মথক্তা থম্লিবা মাগী ফোটো অমস্মুং পীকতকপা প্লেন মচা অদু ফুরিংথাউদগী রুমান লৌথোক্তুনা তৈথোক নাম্থোক্লি। ধুপকী মনম তারদুনা ধুপ্তুগী কারকপা মৈখু অদু মমিং অনিনা পেন্না য়েংলি অদুগা প্রকাসনা অস্মুম খন্থরি—ধুপকী মৈখুনা য়োবা মফমদা ধুপকী মনম নম্বগুম অমদি মনম অসি ফংলগা ঈশ্বর মাবু নিংশিংবগুম—প্রকাসস্মু মানা য়ৌরু য়োরবা মফমদা তৌববা খুদিংমক মায় পাকচগে, ঈশ্বর মানা থ'বিসস্মু, শুক্লিংদা অসি খন্দুনা প্রকাসনা মরৈবাক নীংবা অফাউবা মীশিংগী লাইব্রিক অমা ফাক্তোক্তুনা পারি। প্রকাসনা লাইব্রিক অদু খুমজিল্লগা ভারত লৈমগীদমক্তা মথরায় থাখিবা য়েক্লবগা লাম্হৈংনবদা হলেংবা লৈত্রবা সুবাস-চন্দ্রবোস, লানজং থোৌবদা মপা লৈত্রবা ভগৎসিং অমস্মুং মরৈ-বাক মজাতিবু বৃটিশকী মায়োক্তগী কনখিবা বাপুজী—হয়েংতা ঙাইরবনিকো "আগষ্ট ১৫", অদুগা সনা লিকফাং মরক্তা তাম-থিন ঙানবী মণিগুম ভারতকী নোংপোক চীদাইদা চিক্লা ইংনা ঙাম্থোইরিবী মণিপুর মাতাগীদমক নোক্লা নোক্লা ফাঁসি শগাই কখিবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমদি য়েক্লববু য়েন্দেম থরাক শোই-বগুম শোইথখিবা অথৌবা পাওনা ব্রজবাসি - মথোয়না মরৈবাক মজাতিগীদমক নোক্লা ২ মথরায় কংখিবা, পুম্নমক অসি অকাউবা

লৈরোন্না কুপলক্লে -অদুবু আগষ্ট ১৫ য়ৌরকপা অসিদদি ইণ্ডেলৈগী পুন্সিনা চিঙ-মান্দা খংবিনবা লৈতনা কেমথিবগুম কেমথরবা মখোয়শিং অদু অখাংকনবী লৈপাক্লেনা খংদ-উদনা শ'ংলম্বগুম, মীপুম খুদিংগী থম্মোয় খুদিংদা নৌহৌনা নিংশিংলক্লে। প্রক'সনা অসি খন্থরদুনা মহাকদু মনৈব কী মক মথর য় কথে ক্কে হায়না চপয়ুংনা খনখ্রে।

তাঙ্গা অসিদা প্রকাসকী মপা কুবের সিংহনা শুমাংদা গ'ড়ী থামলগা ইমুং চঙনকই অদুগ মচানুপী মমিচানা পৈশা চবুল অমা পীদুনা মশীং থিহল্লি। মমা স্মুমিতানা চাক লোইরে কৌরকপা মখোয় লোইনমক চাকথুমদা চঙনা চাক চামিন্নি। কুবের সিংহনা চাক চান-চান মচা নুপা প্রকাসতা মখোয়গী ডিফেন্স একাদেমীগী কেশ হৌবগী অকৌবা চে লাক-ত্রিবরা হায়না হংই। প্রকাসনা 'লাকত্রি মতম খরা রাংলি' হাযনা খুমই। মমা মপাগী অয়ুক হুংথিল হুংদাংগী মিংকী মণি রাখলগী মপু আশাগী য়ুম্ফম ওইজরিবা প্রকাসনা মতম খরগী মতুংদা মখোয়বু থাদোক্তুনা লপ্পখ্রগদবদা ইমু অসি য়াম্না হুংশি হুংওন্না মতম খরা অসি লেল্লি। অস্নুম্না চাক তোকপা মতুং অসিদা প্রকাসনা মগী কাদা চংলক্লে অদুগা রাখন্না থুমলবা প্রকাসনা ইমুং চঙদুনা হিপ্পগা চুরুট মচৈ অমা চিঙলগা মৈখু ফু ফু কামলগা রাখল ঙাইহাক থল্লবা মতুংদা তুমথখরে।

ঙসিগী অহিং অসি তোপ-তোপ্পা অহিং অমনি। স্কুল, কলেজ খুদিংদা মাইক মখোম্না সভা যাত্রা চংনবগীদমক নিল খোংলি।

নোংঙাল্লমদাইদা স্কুল, কলেজ খুদিংদগী সভা যাত্রা থোকনরক্লি। প্রকাসনা মিকপ থোরকপদা মাগী নাকল সরক্তা সভা যাত্রা চৎপগী পুং-ঈশৈ শরুগা শ্লোগান লাউবা তায়। বাপুজীকী-জয়! আগষ্ট ১৫— জিন্দাবাদ! চচা নেহরু—জিন্দাবাদ! জয় হিন্দ— জয় হিন্দ! জয় হিন্দ- জয় হিন্দ!! অসিনচিংবা কয়া। প্রকাসনা মমিত্তা মপি তরং তরং শিন্থরদুনা অঙাংশিশক ওইরিবঙী পুন্সিবু নিংশিংলকখি। অমগা ঙসিদগী নৌনা প্রকাসনা থরায় হকচাং পুন্নমক-ঈশ্বরগী মফমদা শিন্নদুনা মরৈবাক মজাতিগীদমক মাগী পুন্সিবু কৎথোকখি।

— —

# আগষ্ট ১৫

চরোই তেতু খোংলক্লে, কাক্কী লানবাও শিল্লক্লে, থাথংবা চিঙগী চিঙমায়দা মরিংগী য়েনবা খোংলক্লি। পোম্বী চেকলা য়াকায়রহনা মহুম মহুমদগী পাইথোনরক্লে। লাইজিং চিঙগী চিংদোন্দগী কোরৌহনবা মাসু থোরক্লে। হুমিৎ মঙাল ফংবদা লৈঙাং পাৎকী অঙাং-অঙৌ থম্বালশিংনা ফুগায় ফুগায়না শাংকায়নরক্লে। চীথোং চীঙয়া অপুম্বা ঙম্মা ইশেং শেংথরে।

মেমিচানা কোল-লিক লম-য়াই শেংবা লোইরগা ইরুজনা কায়ক্লে। চন্দন-চরায় থিন্দুনা তরু-তরু হোৎনজরি। মমা সুমিতানা য়েনখ-য়েনগুন শেংলি। কুবের সিংহসু হৌগৎতুনা মাগী হিসাব শুরি। প্রিয়া, নমো, জুতি, কামি, বেলা, রাগিনচিংবী সুপী কয়া চঙলকতুনা মেমিচাবু লোইশিল্লো, থেংখরে তক্লরে। মথোয় মশেল ইরাং লাংবা অতু মমা সুমিতানা পেন্না য়েংজরি। সাইকল অমমম তোংলদুনা 'ফিরাল' চিঙ্খৎপা নংনবা কলেজ মায়কৈ তান্না থৌখরি। মপা কুবের সিংহসু ঙসিদি ফিরাল চিঙ্খৎপা হুমিৎনিনা মাগী পবক লেপলগা স্কুল অমদা সভাপতি ওইবিনবা বার্জন ফংবদগী ফিরাল চিঙ্খৎপা চৎখরে।

মতম অসিদা প্রকাসকী মমান্নবা রোশন লাক্তুনা প্রকাসকী কাদা য়ারি শান্নরি। প্রকাসনা মফি মরোল শেৎপা লোইরগা ঙকশমদা ঙাংলেনবদা হিগোক চংবা মচুনা ময়ুং মফৈ ওইনা লাংবা তাই অত ফাজল্লগা রোশনগী ওপন কার অত্থদা মথোয় অনি বাজারয়োমদা পৌরক্লি।

বাজার য়োর'না বাজারগী নাকচি অমদা গাড়ী থামলগা চুরুট মচৈ অমমম চিংনা চিংনা অচৎ অওক কয়া য়েংলি। ফিরাল চিঙ্খৎপা লোইরদুনা স্কুল কলেজ খুদিংদগী ছাত্র ছাত্রী কয়া কয়া, কাংবু কাবু, খোংনা চৎপা য়াও, সাইকল থৌবা য়াও, তৌদুনা থোক্লরকপা মীশিং অতনা বাজার অত চিক্লা চায়না ঙমত্রি। লৌখোংদা থম্বাল শাৎপগুম মচু মচুগী ফিজোল শেৎলবা থংনবা কনাগুম্বনা মথোয়বু কৌরকপসু য়াওরি। মথোয়না খুমহুনা

মীশিং অত্ত হয়াও হয়াও েংন্দোবখরি। লৈশাবী কাংবু কাংবু লাকপদা প্রকাস অমসুং র'শন্না নোকমি, নোকমি য়েংজরি। থংনবা কনাগুম্বীনা মখোয়গা কয়া কৌরক্নি, মখোয়নসু মশুং মমান্নবী কয়াদা কৌরুরি। নাইতোম তাবা ষণ কৈনা চায়, তৌইগুম্বসুং নাইতোম লাকপী মুপী অমনা প্রকাসকী থম্মোয় হুত্নুনা, হুদ-হুদবা শাহ্ননা মরু লুকথ লুকথ সাইকল তোংহুনা চংথরে। প্রকাস অমসুং রোশনসু নোং থিংলি থিংলি তারক-লত্নুনা, লম্বী মযাশিংদা চিংথংলিবা ফিরালশিং অত্ত য়েং-য়েংত্নুনা ময়ুমদা থৌজিল্লক্লে অত্তগা মাস-প্রোসেসন চংলম্বগী থান যম্র মখোলসু পেংজিল্লক্নবা অসিদদি তাখিন্দ্রে।

---

# রোশনগী ইমুং

প্রকাসকী মমান্নবা রোশন অসি মপা মমানা মথয়ত্তা পোকচবনি। রোশনগী মপা অসিঅ ফাওবা জমিন্দার অমসুং কার-বাররালানি। মমিংনা ইবে'তোনম্না হায়না কৌই। ময়াম্না মাবু থুরাইঙেম্না হায়মা থংনৈ। পুকচেল য়াম্না চাওই, শিকি অনাগী মরমদা মহাক্না মীদা থিনা হায়দে। লৈবাক অসিদা করিগুম্বা অচৌবা থৌদোক অমা থোকত্নুনা পৈশাগী মরম তা-রকপদা মহাক্না হেক্তা পুথোকই। দান তৌবদা হাদেংবা লৈতে।

ইবোতোনম্নানা খ্বাইদগী লূনা খঙ্গরিবদি অয়ুক-নুংথিল অমদি নুংদাংগী নুমিৎ-থাগুম য়েংজরিবা মচানুপা অদুতনি। মচানুপা রোশনগী মরমদা রারী শাবা ওইরবদি মহাক্না য়াম্না হরাওজে। মচানিপাগী মরুপ-মপাংশিং অদু মহাক্কী মচাদোনা খল্লি। থোই-দোক হেন্দোক্না প্রকাসপু মানা য়াম্না নুংশি। প্রকাসকী মচন মেমিচাবু মাগী হেক পোকচবী মচানুপীদোনা লূনা তাই। মফি মরোল লৈবী, পৈশা পী। খজিক্তুং অমোংপা শেংপদা থীনা ২ চৈ। রোশনগী মমা লৈমা দেবীস্থ অসুক্কী মতীক পুকচেল চাওই। মশক ফজে তহা তহাদে য়াম্না ইংই। রোশন্না খজিক্তুং ঙংবদা মানা লাল্লবোই নীঙহুনা তুমিন লৈ। মচানিপানা হায়-বতা মহাক্না তৌখ্রবিনি। রোশন্না লাইব্রিক লাইগুদা মথরায় য়াওজবা মতৌ অদুদা মপা মমাগী পুক্লিং য়াম্না পেঞ্জে। রোশন্না পাড়ী মচা তোংনিংদে খরা ফজবা অমা নুংশি হায়রবদা মমা অদুনা মচাগীদমক্তা থোইরেন মশা পাল্লবদা ইবোতোনম্নানা কাংচেক মচুগী ওর্পন কাব অমা লৈবিরে।

রোশন্না শেংনিং তা শেং চানিংবতা চা তৌদুনা কোয়-শামই। রাঙ্গ-রাং, চাউগ-চউ মীনা মাবু য়াম্না কল্লক্নে। রোশনগী শক চু খেংলগা কল্লকপী মমান্নবীশিংদি রোশনবু য়েংবগী মহুত্তা মচিন পেথোক্তুনা মমাই লৈথোকই। রোশন্না নুংশি হায়রগা মখোয়না হরাওগে হায়বনি। মীপুম খুদিংগী রোশন! অদুগা শকহেল্লবা মাগী খখোয় লকানুংদা অপাম্বনা দোশি ওইদুনা চাল্লিবা আ-শাগী নুংশি মঙাল অদুদি যমুনাখক্তগীনি। যমুনাস্থ "রোশনগী

যমুনা” হায়বদা কনানসু অবাৎপা পুথোকপা ওম্মোই। তৌইগুম্বসুং যমুনাগী মশক মতৌ যজবা অসিদা জগৎ হায়না কৌবা নিপা অমদি যমুনাগী মরমদা মীনা কয়া অথিবা হায়বসু অদুগা যমুনা মশক মতৌ ফজবী লৈশাবীনি, নংনা কোয়বদা মতীক চাদে হাযরফাওবদা জগৎসিং অসি যমুনা কোয়বা তোকত্রে। জগৎ অসি মশকসু থি, মথিকসু নেমই অদুগা মরুসু ইখোই খোই। চাবা-থকপদি রাৎচদবা ইমুংনি। মাগী মপা অদু টাউন কমিটিগী মেম্বর অমনি। মপা মধুনা ভোট কানবা হোৎনবদা ইমুং অদু ময়েং য়াম্না তাথরবনি। অদুগা সোমদনা জগৎসিংনা মেম্বর ২গী মচানি হায়না লিংবা শারদুনা যমুনাবু য়ানবা হৈাংনবদা পৈশা য়াম্না খরচ তৌবদগী জগৎকী ইমুং অসি পুম্মুৎ মুংলে হায়বা যাই। মপা-মচা লিংজবতা মঙায়রে। অসি থংলবা অমসুং রোশনগা লাম্বা তৌবদা মতীক চাত্রবা জগৎপু যমুনানা হোয়নি মায়নিসু হায়দনা অস্নুম পুমলৈত লৈ। মাসিদা জগৎসিংনা যমুনানা য়ারে হায়দুনা মমা-ইশৌলাংগৗদা তমলি।

প্রকাসকী মচন মেমিচানা থোঙাম মোন্দুম খুরুম্বা চৎনিংই হায়বসি য়াম্না কুইরবনি। মবুং প্রকাসতা হায়রুবদসু মবুংনা ঙংলকপদগী কিজদুনা অমুক হন্না হায়ত্রে। মমা সুমিতাদা তাক-তুনা সুমিতানা মচানিপাদা হায়রুরে। প্রকাসনা করি কান্নদদা নমা নচা ইলাং লাংশিন্নরিবনো? মীমাংসা করি ফজে হায়-রবদা সুমিতাসু উপাই লৈত্রে। মেমিচানা ফমুংদা হিপদুনা কপ-লগা লৈরে। মমানা মচাগী কপ্পা মখোল তারদুনা চংলুবদা

মেমিচানা কলেজ ককা শুকচং চংলোই হায়ছুনা লাইব্রিক পায় পাযছুনা হুজিল্লক্লে। মমা অছুনা মখুংনা খঞ্জে। মেমিচানা চাউর-চাউরবা ওক্সফোর্ড ডিক্সনারীনচিংবা লাইব্রিক কয়া লং-গে বক্লবা মতুংদা মুকফুস্থু থুগায়রে কলমস্থু টেবলদা প্রোক ২ নম-খাহরে। কা অত উজার-মেলা শারে। মেমিচানা তৌরিবা মতৌ অংদা মমানা কিজবা মতৌ অছু উরগা কপ্পম্বদগী নোক-নিংলছুনা নোকথোরক্লে। অছুগা অমুক মমিং নোইর-নোইরছুনা নোক্লগা কপ্পবস্থু হোৎনরি। মসি উবদা মমানা মচাগী মনাক্তা চংলকতুনা "অপংবী নবুং রোশন্দা হায়রুচো; প্রকাসনা য়াত্র-বস্থু রোশন্না হেক্তা পুজান" হায়রকপদা মেমিচানা "তামো রো-শন্নস্থু য়াদে" হায়না খুমলকই। মমানা মচাগী ফমুংদা ফমলগা ভাইহাক রাখল তৌই; অছুগা হায়রকই "অছুদি চংলো চংলো নমা লৈমদা ভংলুচো; নমা লৈমনা য়ারবদি হেক্তা য়াক্সগনি—অছুগা ঐনস্থু নমা লৈমদা হায়গে।" রাসি তাবদা মেমিচানা মসিনা ফরংৌমাল্লি থন্দুনা কপ্পা তোক্লগা মমা মচা লাইব্রিক খুঞ্জিনমিন্নরগা কলেজ চংখরে।

---

# রাখলগী ঈচেল

প্রকাসকী রাখল অমসুং থৌনা অসি ওন্থোকপা মীওইপোক্কী থোংগোক খুদিংনা পিক ংলহল্লি। মাওইবা হায়বা খুদিংমক অসিসু মাগী মাগী মথৌ হুন্দোক্তুনা অতোপ্পদা থনবা অমসুং রাখল লুপ্পসু কোঙ্গায় লাকপা ঙাংনি। প্রকাসনা ইনখংলকপা মভাংগা থমথেংবা থবক অহুখক্তা তৌনিংই। মহু মাগী রাখল ১৬ুং থম্মোয়না য়াংনবনি। প্রকাস নহা অমা ওইবগী য়ং লাউনা ঙাওরবা মতাং ওইনা চেংই। প্রকাস মশক ফজৈ, বুচু চৌই, মশম মুই, রাহৈ-রাতা য়াম্না থোংলি, ইংই অমসুং তংই। মত রা এয়ার ফোর্সতা চঙনিংবগা রাখল অসি অঙাং ওহরিডৈ মাগী রাখন্দা অহুম্মক মমি তারক্লবনি। উচেকশিংনা উ-রা অমদি চীঙনা কয়া থংখিবগী অরাবা লৈতনা পানিংবা, উনিংবা, য়ৌনিংবা য়োবা ঙমখিবা; লৈচিন্না চিংদোম্ন কয়া লান্দুনা লাক- নিংবা মদমদগী লাক্লগা চংখিনিংবা মফমদা চংখিবা অমুকপা হুংদাংরাই কয়া অহাঙবা থোক্তুনা লৈচিনগী পুক্লিবু মানা য়েং- লগা কল্লকখি। পারবা লৈচিন্না পিক্লিবা মাগী থম্মোয়বু হুদনা পুখি। শংবানববা আতিয়াবু য়েংলুবগা আতিয়ানা মাবু খুৎলাম তোয়না কৌরি হায়না থনখি।

অমরোমদা রোশনসু পীশক পীক্লিডোংগী মীরমদা লাইরিক তমলকপনা, অচৌ অচৌবা পং তু রন কয়া

উবা ফংখি। চাংজৌ নাইত্রব। ঈপাক উপান ইয়ায়না তাউনিংবা; পাক্লবা সমুদ্র হাংমা লান্দুন। খংদ-উদ লৈখিবা কয়া উনিংবনা থম্মোয়বু মফন খংহনখিদে। কলম্বস, এমুনসেন, কেবোৎ, কেপ্টেন কুক, রোবর্ট পিরি, ভাসকোডেগামানচিংবা থৌনাফবা চিংহোনবা কয় গী বারী পাকবদা ফদি শুম্বগুম অপান্বগী রাখল্লা নৈহৎলকখি। শিলংগা লৈরিবৈগী মতমদা পাক-চাউরবা পাং-তুরেলগী মনাক্তা ফমন্তনা হোন্দোরকপা চিংশিং য়েংজরগা মাগী পোথ কম ওইখি। খ সিগী নঙ-ফঙরগী লৈশংনীশি না নিঙাই মঙাইদনা শংবানরবা পান্না হি তেংংনা থোকখিবা অচ উরুরগা রোশনা পঞ্জখি।

"অংতৈবমম্ব প্রেকৃতিগী ফজবগী মথক্তা মীগী খুৎশেম য়াউরবা শিংংগী চিং-মান, পাং তুরেল যেংবদা পুক্লিং হুনবগী মশক্কি মসিবু খংলু-উরুরগা কনাগী থাম্মৈ য়না পেথোক্তনা লৈগনি।" অতুবু চেংিত্তি য়ুমদা পোরক্তুনা লৈরবা কান্দদি ফজবগী পুজারিশিং অহু মরক মরক্তা নিংশিংলকপা নকুনা অকাউবগী ইরোনহুংদা লুপখরে। "ওক্তোকপনি কল্লিদা মতমগী ঈচেল—। মতমগী ঈচেলবু থিংবা ঙমদবগুম রাখলগী ঈচেলসু থিংবা ঙমদনা শিরবদতা লোই-শিনখি। অসিগুম্বা যৌবনগী য়ং লাউরবা মতনদা শাবী শানৌ-শিংনা রাখলগী ঈচেমা শৈতয়। ওইরগা মতমগী ঈচেলদা তাউ-থরি।" প্রকাস অমংং রোশন অনিমক শাবী-শানৌশিংগী হুংশি ঈপাক্তা তাউদনা মতম লেপ্লক্লে। প্রকাসনা পাইলোট ওইরগা মরৈবাক্কীদমক মথংায় কথোক্তে থনখিবদু রোসসর্সী দেবীবু উর-বদগী হুংশি ঈপাক্তা লুপখারে অদুগা রোশনসু যমুনগী হুংশি ঈপাক ঈয়াইদা তাউথরি।

নোংমা আগষ্ট ১৫ হুমিত্তা প্রকাসকী থম্মোয় হুৎনা সাইকল থৌখিবী. 'অহু' ঙসিদি উনরে। প্রকাস অমসুং রোশন মখোয় অনিনা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা সেকমাই তুরেলগী তোর্ব্বান্দা অসুম অসুম থৌরকপদা চিংয়া য়োরমদাইদা চাউরবা বিল্ডিং অমা ইতোপ তোপ্পা লৈবা উই। বিল্ডিং অদুগী অকোয়বা অহু চেকপন্না ফজনা থাই। চেকপল ময়া ময়াদা মথল খুদিংগী লৈ থাই। লৌশিং অহু বসন্তগী মতম য়োরবদা ফুগাই ফুগাইনা শাৎলি। য়ুম অংগী মমাং ওইরপ্পা পীকতকপা পুখরি অমা লৈ। পুখরি অহুগী মপান্দসু অনেম্বা লৈশিংনা মচু খুদিংগী শাৎলি। পুখরি অহুগী ময়ায়দা থরো, থম্বাল শুন্না পুন্না পুন্না শাৎমিন্নে। অহিংগী মতম ওইরিঙৈদদি থরোনা পোম্লিবী থম্বালগী মরুমদগী মবুংঙো থাজবু য়েংজহুনা ফুগায়না শাৎচরম্বনি। হুমিৎনা তরং তরং থোরকপা মতমদা থম্বালশিংনা, মখোয়না রাংবা হেল্লি হায়হুনা থরোশিংদা করেম্নরি। থরোশিংনা ইকাই খাংদগী হেক উমশিনবদি ঙমদনা থম্বাল মরুমদা লোৎচরি—। থম্বালশিংনা 'ইকাই খংদবী মায়থাবীশা'হায়হুনা থরোগী ফুগায়না শাৎলবা লৈরিকশিংদা লিক্লা কম্থরি।

রোসসর্সীনা মখুত্তা সনাবুল প্পায়হুনা ঈশিং শোক্পা থোরক্লি। পুখরি খারাদা কুমহুনা চৈ মচা অমনা লাম্লগা ইকাই খংদবী থরোশিংসে অমত্তা ওইরবসু হেকপ্ ঙমত্রা য়েংগে হায়না কম্না হোৎনরিঙৈ মতমদ গাড়ী মখোল অমা তাখি। রোস দেবীন হম্না য়েংখিবদদি রোশন্না গাড়ী থৌরগা প্রকাসনা য়েত্ত ফমলগা লাকপ খঙউ উরুরে। করম তৌরুববনো রোস দেবী পুখরি মহুংদা জম লাউমখৈ তাখরে।

রোশন্দি উবু উংখোদে প্রকাসনা “মী শিরে” হায়হুনা গাড়ী থামফ। ব্রিটৈদা ফন চোংথরগা চেনখিত্না পুথরি ময়ায়দা কোটলো টাইও চোংথখরে। প্রকাসনা চেক্লেং কোনশিন্দুনা লৌখংলকপা কান্দদি আগষ্ট ১৫দা প্রকাসকী পম্মোয হুহুনা পৃথিবী হুরানবী অহু ওইরয়ে। রোশনসু গাড়ীদগী বুমথরক্লে অহুগা কৈরোই লৈকাইগী মীশিংসু হুপচিল্লক্কুনা য়েংলরে। মী য়াম্না চেনশিনখিবা অহুদা সুংথং থংদবা কাংবুসু মহৈ মহৈ চেনশিল্লক্কুনা মীনা মখোয় ২বু ইকোয কোয়শিনথরে। গাড়ী থাম্বা অহুদা থরা অমনা ‘হুপী চিংলে’ হায়হুনা য়োখোক য়োখোক্না পাইশিল্লক্লি। থরা অমনা ‘মী ঈশিংদা তারে’ হায়হুনা চেনশিন্নরক্লি। পুংথাইমুক অহুদি অমনা ভাঙ অমনা তাদ ; অমনা হায় অমনা থুমদ তৌহুনা ককচেং মহুম লৈপাক্লো তাবগা মান্নথরে। মীয়াম মমাং অদুদা রোসসর্দী দেবীসু প্রকাস ওইরম্বা অহুদা ইকাইরহনা রা-লান করিমতা ভাঙদনা, হুংগী মুর্ত্তিগুম মমিং অহু তগৎ-তগৎ তৌরগা অমদা অমুক য়েং, অমদা অমুক য়েং তৌহুনা লৈরে। প্রকাসসু মী অতোপ্পকা ওইরম্লবদি অসুক ইকাইরম্লোইদবনি অহুবু মামক্লা হুংশিজরিবা ‘মহাক অহু’ ওইরম্লবদদি ওম্লোক্লা ইকাইথরে। অতোপ্পকা লৈরমদবা ওইরবদি ইকাই ইকাই পুক্লিংগী রা ওইনা “নংগী তেংথাবিনবা ঐবু তাক্কনা নথস্তা শিজগে হোৎনরম্বদি হাকমল্লিকো” হায়গেবু থল্লম্বনি।

রা হায়বদি লায়রহুনা মীয়াম মমাং অহুদা ট.ই-মুং. খোং-উপ .থাংগ্রাও অপুম্বা লৈখোম্না ইতে তৈহুনা তঙক তঙক লেপ্লুনা

লৈরে। য়োশন্না প্রকাসবী মথুং থুক্কেং পায়দুনা চিংথোরক্লে। প্রক সনা খোংউপ্ অমা লৈথোম অমসুং ঈশিংনা চবুং ২ লাউনা লাকচ না গাড়ী মনাক য়োৱমদাই অদুদা কিরনবাবুনা মচন চিংলে হায়বোই তারদুনা থামলগা থমলে। প্রকাসতি ইথক থক্কংখিতুনা খুম্ফম লাকফম থংদনা "মু-মু-মু-পী অ—মা ঐ-অা" হায়দুনা লৈরে। য়োশন্না--"মুপী চিংবা নত্তে মী ঈশিংদা তাদুনা লৈথংপনি" হায়রকপা মতমদা কিরন সিংহনা "ইস ! ঐ কয়াদা ফিংলুখরে। ঐনা হঙ্জিল্লকপদা অমুম তৌরম্বা অসিদদি, অদুগা থরা অমনগা মুপী চিংলে হেক হায়রে, অদুদদি ফিংমনখরেনা ভোবনি ঋারোবীবা য়াদে"—রাশি তাদনা প্রকাসতি মথোং থংদনা গাড়ী মথুংদা হমনে। লৈরম্লে। য়োশন্না গাড়ী কাখংতুনা থোরগা অমুক চারে।

---

# কপশিন্নবা

প্রকাসকী মপা অসি মনিপুরগী অচৌবা ঠিকাদার অমনি। উথরুলদা সরক অমা লৌবদগী কুল্লিশিংগী চান-থক্লবা থম্না জিপ ড্রেলারদা লাপচিন্দুনা ওসাই অয়ুক্তা চংথরি। প্রকাসতা ইমুং মতুংগী হিসাব-পুসাব পুন্নমক শিন্নরমলগা নোংমাইজিং মুমিণ্ডা হল্লকনি হায়রমই।

মেমিচানা কলেজদগী হল্লকপা মতমদা ঙসাই মমা সুমিতানা মমা নৈমদা ঙংলুচো হায়খিবা অহু নীংশিংলক্কুনা মাগী কাদা কপ্পা তম্লি। মিংশেল অপাকপা অমা মমাংদা থমলগা মমায়গী মপি তাকমদা অচাথাউ থন্না তৈশিল্লগা থাউ মথক্তা মতিল অমুক তৈশিন্দুনা মমিং নোইরগা মাল্লবরা হায়না মিংশেন্দা অমুক য়েং ; মমিং অমুক নোই ; পেবা অমুক তম, মথন্নতা অমুক নোক তৌরমলগা সুমিং তাখিবা অহুদদি মমা নৈমগী নাক্তা কপশিন্নবা চংখরে।

রোশনগী মমা পুকচেল চাওবীনা চাকশংদা চাক থোংলি। মেমিচানা ফিরু-ফিরাং খুমহুনা লাক্লগা চাকশং অহু য়োরমদাইদা থাউ তৈরবা মমায়দা মতিন খরা তৈশিল্লগা মমিং নোইর-নোইহুনা চাকশংদা চংখরে ; অহুগা মমা নৈমদা হিক ২ কপশিন্নরি। মমা নৈমনা—“করিগীনো ইচান্না অহুক থম্মোয় শোক্লা কপ্লিবা— ইচাগী করি রাংপগে ইমা-পাবনা ইচাদা করি হায়রবগে—করি ননিং থুংদবগীনো—নবুং প্রকাসকা রোশনগনা ফুবগীরা, নত্রগনা পাথং শকখিবা মথৈনা ইচাদা করি লংনরকপগীনো?” রাসি তাবদা মেমিচাদি নোক্লিংবনা লোইরে। থিক-থিক অমুক নোক, অমুক হেক কপ্পশিন্ন ; মরোল লৌফমসু থংদনা মুরুম ২ শোল্লি। মেমিচানা লায়া শেংনা হায়গে হেক থল্লি, হায়গে হেক তৌবগা হেক্তা নোক্লিংলকপা অহুদদি মেমিচাসু উপ্পায় নৈত্রে। মমা নৈমসু জ্ঞান তাদ্রে। তাংা অসিদা মেমিচাবু পোকপী মমা সুমিতাসু চাকশং য়োরমদাইদা ঙাংল-ঙাংলহুনা চংলক্কই—

"মেমিচা চন্দান্ন বিদুনা মবুং অনিদা লাই খুকুম্বা পুবীমু য়াদে হায়ত্নুনা ঙসাই অয়ুক্তুগী কপ্পগা লৈরকপনি; মমা ইবেম্মদা তাকলুগনি হায়হুনা চংথিবা অহুবু লাকপ্রাও" হংলকই। মমাগী মখোল তাবদা মেমিচানা উ-উ-উং হায়না মখোল খর হৌগংহল্লি।

প্রকাসনা পুখরিদা তারুবগী বোয়োশা অহুদা মযুমদা চঙলবদি মমাগা মচনহুপীগনা থংখরনি হায়হনা রোশনখোইরোমদা চঙলক্লে। চাকশংদা ঙাঙবনে শকপনে, লাউবনে খোংবনে, কপ্পনে তৌরিবঙে তাপ্পা অসিদা মখোয় অনিনা গাড়ীদগী কুমথহুনা কাদা চঙলকই। খোংউপ মখোল তারহনা মেমিচাগী মমা অনিহু তুমিন ২ লৈথরে। মেমিচাদি মবুংশিং অহু তানবা হায়হুনা মখোল অহু খর হৌগংহল্লি। মমা অনিহুনা কন্না খেম্বা হোংনরি। কাদা চংলক্লগা প্রকাসনা ফুরিৎ খাংগ্রাও লোৗখোকনিকা থংদমখৈ রোশন্দা ওনশন্দুনা হায়রকই, নাহারাই উনখিবা অহুনিনে। রোশন্না—"কদায়দা উনখিবনোনে?" প্রকাস—"আগষ্ট ১৫ সুমিত্তা উনখিবহু।" রোশন—"কদায় জগাদনোনে?" প্রকাস—"হেয়া ঐনা মশক ফজে হায়হুনা নঙোন্দা য়ারী শাখিদো।" রোশন ভাব তাদ্রে। প্রকাসনা য়াম্না লাউনা—"নংসে ওম্ভোক্লা থংমনখিদ্রে। এগ্রিঃ অফিসার ওইরিবা চান্দ সিংহগী মচা, কিয়নগীনা মচন রোসসর্সীনিএ" হায়না রোশনগী মনাকোংদা লাউশিল্লি। রোশন্না—খঙলে, ইহে! মখোয় য়ুম অসিদা ওইরেকো! প্রকাস নং নবুক ফংমন্দে, নাহাল মখৈ ঐঙোন্দা সুংভাক তাকতবনিনে। প্রকাসনা—"কনানা থুংগনি নংস্থ ঐস্থ চপ মান্নৈ,"

ৎসি উৎবদা তৌরক্লিবসিনি হায়ৎনা লৈখোম তোৎপা মফি-ম.য়ালিং অহুদা য়েংজৈ।

তাঙ্গা অসিদা চাকশংদগী নুপী মথৈহুনা ‘প্রকাস অমসুং রেশন মখাথ অনি অসমী ফুনবা চৎকদৌরিমাল্লে, খামহৌক্সি লাও অংগা মেমিচানা হাব্রিবা ’সিসু ঐখোয মযাম চৎহুনা থেমলুনি, হেক্তা য়াজনি’ হায়না অফিং-অফাই চাকশংদগী কুরুক ২ চেস্তোক্লররুহুনা মখোয ৩ মক কাদুদা থুংলরে। রাশনগা প্রকাসকা চেস্তোকপসু নংহৌদ্রে। রোশন্দি কাংথল মনুংদা খোংউপ-খোংগ্রাওগা লোযননা চোংশিনখর। প্রকাসতি চেংশনবসু য়াদ তিঙক, তিঙক লেপ্পুনা লৈহৌরে। প্রকসকী মওং মতৌ অহু উবদা মমা-মচা মখোয় ৭ অম মপুক পাযদ্রনা নোকখরে। মেমিচাসু কপশন্নরম্বকা চৎনখিদ্রে। ইহিক ২ হায়রম্বদগী মপুক পায়হুনা নোকখরে। রোশনসু কাংথল মনুংদা মমায় অহু মোন্দা উপশিন্দুনা থিক ২ নোক্লম্বদগী ফাক-ফাক নোকথোরক্লে। প্রকাসসু তৌফম খংলমদবদগী মখোয় মথৈগী মওং অদুদা যাক ২ নোকথোবকতুনা কা অদু শুমনিন নিনখরে।

অদুদগী মমা অনিনা মচা অনিবু মফি-মরোল হোংদোকহনবিরে অদুগা মচন মেমিচাবু হংচিৎ অসি লাই খুরুম্বা পুবিদবা য়াদে হায়রবদা মখোয় অনিমক ইকাই খাংদগী য়ারদুনা চাকশংদা পুন্না চাক চামিন্নখরে।

---

# নৃংগায়লক্কী জাতিকুপ্পী

নোংপোক চীংগী চিদাইদগী কৌরোহনবনা তরং-তরং থোরক্লি। নামিবা মলয়া নুংশিৎনা লিরি-লিরি শিৎলবলি। মালেম ইমাগী মচাশিং ওয় হৌগৎনরক্লি। চাকওন চাবা হৎ-জেন্নহানা মণগী শঙ্খ হোইদোরক্লি। ইওলবা নুংশিৎনা য়েঁবদা মশাশিং অতু তেথৰ্গলি। কালেম্বাগী মতম ওইবনা অরা অনা পোক্লরি।

ও সনি নোংমাইজিং নুমিৎনি। মেমিচানা ওস্তা হৌগৎ-লগা ঈরু-মায়থজরি। উরৈরোম মচুগী ফি-রোল শেৎতুনা মমান্নবী লাকপা ডাইজরি। ঈশ্বরগী দৰ্শন ফংগনি থল্লুবদা থোইনা হেন্না হরাওজরি। বেলা, রংগী, ম্নাহল অমম্নুং গোমতি মথোয় মরিম্নু থুংলরে। প্রকাস অমম্নুং রোশনম্নু ঈরু-মায়থজরগা পুময়াৎ ফৈজোম শেৎপা লোইজরে। মচন মথৈনা মথোয় অনিবু চন্দন থিনখিরি। মমা অনি অদুনা অমরোমদা অমুক চৎ অমরোমদা অমুক চৎ, কোইলাং ২ লাংজরি। য়েন্দাই থম্না ২ হাপ্লবা লৈশিংনা গাড়ী মনুং অদু পিক থলহল্লি। ফি শেৎপা লোয়রদুনা যাত্রা পুংফম য়েংলগা গাড়ী থৌদুনা চৎথরে।

মথোয়না অম্নুম লাকপনা থেক খোইরবা রাইথৌ চীং, থৌবাল বজারগী যজবা, লৌশি পাৎকী থম্বালশিং, মথং ২ য়েংলক্লি।

ককচিং বাজারদা থামলগা তগং-তগং ঙাইহাক য়েংলিঙৈদা .রনু চাওবী, রিতা অমস্তুং যমুনানচিংবী মুপী থরনা কৌরমলগা গাড়ী হেনগৎখরে ।

যমুনানা খল্লি "ঙসি ঙরাং অসি মিৎলি ওষ্মোক্লা চোংখরেদা, ফত্তবা করি থোক্লগবা নত্রগা করম্বা অফবা ওইরিগবা" খল্ল-খল্লহনা কলেজরোমদা লাকচৈ। মেমিচাগী মমাম্নবী থরনা 'ঐথোয়দি তামো প্রকাস অমস্তুং রোশনগা লোয়ননা হয়েংদি মোন্দুম খুরুম্বা চৎলুগদৌরি' হায়নস্তু তমলকই। রোশন য়াওই হায়বা অদুদা যমুনাস্তু ওষ্মোকনা চৎনিংলে। অহুম ওইনমক মীগী ইমুং-মচুং চৎলগা করম য়াওরুগদৌরিবনো অসিমস্তু মপুক্লিংদা খঞ্জে। যমুনানা রোশনগা য়াম্না উননিংই, রাশনগা উনদবা অসিস্তু ফনা কুইশল্লক্লে হায়না খল্ল-খল্লহনা লাকপদা রেনু, চাওবী, রিতা মথোয় অহুমস্তু থেংনরে। যমুনানা "হয়েং মেমিচাবু মথোয়' মবুং ২না থোঙাম মোন্দুম খুরুম্বা পুবিগদৌরি" হায়না কল্লক্লা মমাম্নবীশিংদা পাউ তমলি। রিতানা—"হোয়নে তামো রোশন য়াওরবনিনা ওষ্মোক্লা চৎনিংলনিয়ে।" যমুনা হাক্ফেৎ ইকাইজে। রেনুনা যমুনাগী কাহেম্না চৎনিংবা মতৌ অ¿ উরগা হায়রকই,—"তামো জগৎ পুক্লবদি করি কাই।" রাসি তাবদা যমুনানা—"পুবিয়ু হায়ববু য়াবীরক্রনে!" রিতানা—"করিগী য়ারক্তনি; নংগীদমক শিজরগে হায়না লৈরিবা নিপানি।" যমুনানা "জগৎ হায়রিবা নিপা অসি ওষ্মোক্লদি তঞ্জখরেদা" হায়রকই। রাসি তাবদা রেনুনা হায়রকই—"হে অপংবী, লাই খুরুম্নিন্নরবদি

থুংনদেস্নু হায়নবনি — কক হক খুরুম্মিন্নখোকউ।” রাসি তাবদা “হোযনহে” হায়ত্নুনা ময়াম রা লাওনা নোকই। অস্নুম রারী শান শান লাকপদ কলেজ লম্বীদা জগৎ লাকপা উরে। চাউবিনা— “তৌঙম্বীশা। অচংবা মীগী রা ঙাংনম্নু হায়বদনি” হায়ত্নুনা ময়ামন্থু থিক ২ নোকৈ। জগৎকা উনরে। জগৎনা মখোয়দা—কলেজ চৎলুরিব্রাও” হায়না কৌরকই। মতৌ থর লৈবী রিতানা “উম” হায়না খুমলকই, অত্থুগা “তামো জগৎ, উম-উম-রাঁ-অমতা, হায়না মথা তারকই। জগৎ সিংহনা পুমঙক ঙক্লত্নুনা “করি রানো— হায়য়ো” হায়রকই। রিতানা যমুনারোমদা হাইফেৎ য়েংলগা “উম-যমুনানা হয়েং থোঙাম মোন্দুম খুরুম্বা পুবিন্নু হায়রিবা। যমুননা ইকাইরত্নুন', “ছুং” কদায়দা হায়রিবা' হায়রগা মরু লুকথখরে। ময়ান্না “অশেংবনি তামো জগৎ হয়েং অসি চৎলু- সিকো, ঐখোয়স্নু অমুক্তা চত্রি—তামো জগৎকী মত মঙাইরে” হায়রকই। জগৎতি কপশিরা, নোকসিরা মফম থংদ্রে মরমদি হুপীনকা অস্নুম্না থেম-খোৎপা তৌরকপা হায়বসি মপুন্সিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। মানা খাইদগী নুংশিজরিবী 'মহাক অত্থু' য়াওনা হায়রকপা অত্থুদদি জগৎ মথম্মোয়বু ফনা নুংশি, অত্থুগা হায়- রকই—“নখোয়না পুবিয়ুবু শেংনা হায়রবদি নবুং ঐগীদি লাই- বক ফবনি,” অত্থুগা শোইবিরোইদবা ওইরবদি ঐ গাড়ী রায়- জরুরগে।” “ঐখোয়গীদি শোইদ্রবনি তামো” হায়না খুমলগা “শোইনহুশিকো” হায়ত্নুনা হয়েংগীদমক শেম শাখরে।

অস্নুম্না মেমিচাখোইনা ককচিং বাজারদা লপ্পিডে মতমদা

হেনগৎখিবত যমুনা অমসুং জগৎ সিংখোয়নি। রোশন্না ইঙক ঙক্না যমুনা বু য়েংহনা লৈতৌই অদুগা জগৎ য়াউখিবা অদুদা মপুক্কিং সুংশিখি। প্রকাসখোয়সু তমুক লম্বী লমহাংগী ফজবা য়েং-য়েং-হনা লাকপদা লাইগী মন্দির উরে। তুরেলগী সুংগায় মথক্তা লাই থুরম্বা লাকপগী গাড়ী ময়াম থাবা উরহনা মখোয়সু মফম অদু তান্না থৌজিল্লক্লে।

যমুনাখোয়সু ঙম্না য়েনরম্লে। মায়-মিৎ শেংদোক্লহনা কেবা নানবা হোৎনরম্লি। যমুনানা লম্বী ময়া অমদা চন্দন কন্না থীল্লি। রোশন কুমথখিবা উবদা যমুনানা মখুৎ অদু থক থক নিক্তনা চন্দন অদু ইফৈ যেনা তমুক পিন ; তমুক মুথৎ তৌহনা লৈরে। জগৎনা মচি অমদা ঙাইরি। মেমিচা, বেলা, রাগী, স্নাহল ১সুং গোমতিনা য়েন্দায় থন্না ২ হাপ্লবা লৈশিং অদু পুরগা মবুংশিংগী মাঙ ওইতক চৎথংখরি। প্রকাস অমসুং রোশনসু পুময়াৎ ফৈ-জোম অদু শেমজিন থোৎচিল্লগা মাং-তুং লাক্লি। প্রকাসনা মাঙ-থাই রোশন্না তুং ওইতক চৎলি। রাং-চাউরবা নিপা অনিনা মখোংগী থোংউপ থমলগা ঙৌরবা মখোংশিং অদুনা সুঙ-গায় মথক্তা থম-থম থাংলক্লি। যমুনানা চন্দন থিন্না ২ নিপা অনিগী থোংথাংশিং অদু য়েংলি। অসুম-অসুম লাকপনা প্রকাস যমুনাগী মমাং মপা হেন্দোকখরে। রোশন্না যমুনাগী মমাং মপা হেক য়োবদা যমুনানা মিংশেন্দা মুন্না য়েংলগা ইকাই-ইকাই মাগী চন্দন অদু শেমলি। রোশন্না মাগী খাইদগী সুংশিজরবী যমুনানা চন্দন থিল্লিবা অদুদা য়েংথৈ—'কৌশিরা, কৌতুশিরা'

ছায়না রাখল চিংগুম চিংগানৈ—মরমদি মনাকমক অছূদা জগৎসিং অছু রোশনদা য়েংছূনা লেপলি। করি রাখল খল্লুরবনো রোশন্না যমুনাবু কৌরমদনা মখোং হেক কাম্বোরকপদা সুগুগায়লক্তা হৌজবী তিম্বং প্পানবী লৈরাং জাতিকুপ্পী নেৎশল্লুরে। রোশন্না "ইস" হায়দুনা মখোং থাংদোরকপদা জাতিকুপ্পী লৈরাংনা মাবু ছুপ্তেকপীরমগনু হায়বগী মতাগুম ফৈজোম তোমান্দা তিম্বংনা লৌছুনা রোশনবু থামলে। রোশন্না তিম্বংশিং অছু থদংতুলা লৌখোকপা হোৎন্নরিডৈদা যমুনানা হায়রকই—"হে তোল্লিদা সুগুগায়লকী জাতিকুপ্পী! ক লেম্বাগী মতমদা নেংজু-সুংশা মরক্তা সুগুগায়লক্তা শাৎচবী লাইবক থিবী জাতিকুপ্পীও; ঈশ্বরগী দর্শনদি ফংনিং—করিগী নংনা মীগী ফিজি পায়ছুনা থামলুব্রি—ঐসু নংগুম্না লাইবক থিরবীনি।" অসি হায়রগা যমুনানা রোশন্দা অমুক ওনশন্দুনা হায়রকই—"হে অপোবা! মরাইবক থিরবী উপায় লৈজব্রবী লৈরাংশিং অৎবু থদংপীবগী মছুও্তা হুরাউ-হরাউ পুবীছুনা ঈশ্বরগী দর্শন ফংহল্লবদা লাইবক থিরবী কৈ রাংদো পোকচবগী মহে য়াল্লনিকো।" রাসি তাবদা "চিরাম্বোংগী রাদি পুক্লিংনা থংলে, পুক্লিংগী রাদি পুক্লিংনা থংজে" হায়না রোশন্না খুম্নলমলগা হন্না ২ য়েংজছুনা চৎখরে।

পুম্নমক অসি উহৌ-তাহৌরবা জগৎনা যমুনাদা মাগী পুক্লিংগী অরেপ্পা রা তক্করকই। হুংশি চৈনানা ভুাওরনী যমুনানা হায়দি হায়রোই খংদনা জগৎপু "পুক্লিংগী ওইবা ভয়দোই" হায়না খুমদোরল্লবদ্রা জগৎ অশাওবনা লুতোন কাথরে। "নংগুম্বী ডুপীমচা

অমনা করি তৌবা ঙম্বনো' হায়রগা খুজেঃ পায়হনা চিংবা হৌরক্লে। মমামবীশিং অহনা ইঙক ঙক্লা য়েংলগা লৈরে। "যমু-নানা ঐবু থর খাম্বীয়ু! ঐবু থর কনবীয়ু!!" হায়না হৌনা ২ লাওরক্লে। উপাই লৈত্রবী হুপীশিং অহু জ্ঞান ভাত্রহনা "ইতাবু থর কনবিয়ু! ইতাবু থর কনবিয়ু!!" রা-রা কপ্পরে। যমুনানা ক্রিং-ক্রিং চোংহনা নাম্বোক্লবা হোৎনজৈ। মখোয়গী মতৌ অহু উবদা মীয়াম অমা চেনশল্লকই। জগৎনা শোয়বা তারে থন্দুনা মবুক্তগী ছুৱী শৎতোক্লগা যমুনাগী থজিন্দা থিংজিল্লমলগা গাড়ী থোহনা চেনখরে;

প্রক্ষ স অমসুং রোশন্না ৮াইদা লৈ কৎকে হেক তৌরিঙৈ তাঙ্গা অসিদা মীয়ামগী হাৎন-শুনবগী মখোল ত.ই। 'ইভা যমু-নাবু থর কমবিয়ু'—'হো—ইভা যমুনা' হায়বা রাহৈশিং অসি রোশন্না হেক তাবগা খোংলৈ থুনা কুমথখিহনা য়েংবদা মীনা ইকোয় কোয়শিন্না লৈবা অহগা চাউবী, রীভা 'খোরনা ক্রং-ক্রং চোংহনা কপ্লরবা অহু উররনা চেনশিল্লকপদদি লাইবক খিরবী যমুনা অহু থাংনা থিনবগী চৈনাখোলনা লৈমায়থক্তা থরো থরো ওন্দুনা লৈরমলে। জগৎননি খংলবা রোশন্না অঙাওবগী মতৌগুম লাউর-ম্যাউরহনা খিবদা জগত্তি চেনখিরমলে। থোক্লিবা থৌদোক অদু উবদা অনকপ্পা খুলগী প্রজাশিংনা হুপচিল্লকনা য়েংলে। রোশন্না যমুনাবু চেজেৎ কোনশিনবীহনা থাং অহু শৎপদা কাপ-থোরকপ্পা ইকনা রোশনগী পুময়াং কৈজৌম অহু পুমজাং ভাংনা চোংলে। রোশন্না থাং অহু পায়রগা ময়া ক্রক ক্রক চিকলগা

“জগৎ”—“জগৎ” !! “নংবু ঐনা নথরায় অহু লৌরগা অশিবা নশা অহুনা শা-কাক্কী মচীঞ্জাক ওইনগে” হায়না লাওর-লাওর-হুনা কপ্লক্লে। যমুনাস্ত জ্ঞান খর লাক্লমলমাল্লে শাম্মাংননা থুম-লকই “নত্তে নত্তে হুংশিবা—তোল্লবী নচনবু থাইন মিকপ তম-হল্লিবা নিপা অহুদি ঈশ্বর মহাক্তনা থ জসম্নু—ঈশ্বরগী ফংফম থোকপা দন্দীনা মাবু পাপকী অমসুং নরক্কী কোমদা তাহনসন্নু।” যমুনা য় ম্না রারে মমিৎ তগৎ তগৎ য়েংলদ্রনা রোশনবু মাগীনি হায়না খঞ্জরি অহুবু যমুনাগী অরাধা অসি অস্থম ২ হেঞ্জিল্লক্তুনা রা ভাংবা থোকচিল্লক্তরে।

উপাই লৈত্রবা, পোকপদগী অরাবা অমসুং কপ্পা হায়বা অহু মশক থংলকত্রবা রোশন্না যমুনা য়েংলগা মমিত্তগী তারকপা পিত্তনা পুমচোৎ চোৎমিন্নরে, ‘যমুনা’ ‘যমুনা’ হায়না কৌজবা মম্ভনা মাগী অমা লৈখিত্রে।

যমূনানা রা অমগী মথংদা রা অমা ওইনা মথং মথং তপনা অমূক হায়বা হৌরকই “রো-শন - ঐ—মফমদা—লান-থ-অ-রে ঐ-বু-রা-রো-গ-মু-কো।” রোশন্না কপ্প ২ হায়রকই—“যমূনা—লাইবক থিরব্রী—নং করিম্নু লান্দে—নং ঐবু থাদোকত্নুনা চংখিহুকো হুংশিবী, নংনা থাদোক্তূনা চংখরগা ঐবু করি ওই-হৌগদৌরিনো” হায়না যমূনাদা মমায় উপশিন্দুনা কপ্পগী ওমখৈ খিংঙমখিত্রে। যমূননা— “রোশন—ঐ × নং × বু—কৈদৌ × হুংদা—থা × দোক × খি × ত্রি × × কো” চিনবান অহু তানা চিংল চিং-লহুনা হায়রকই। অহুগা রোশন্না অমূক মথা তারকপদা যমূনাদি

তাথিবরা তাথিবরা থংদ্রে মথা অমুক তাথিদ্রে।

"যমুনা, ঙক্লরোইদ্রা নং, ঐগী রাশক—অদুবু যমুনা, নংনা নংগী রাশক ঙাকপা ঙমদ্রবসু ; ঐদি নংগী নফমদা শকথরবা ঐগী রাশক অদুদি পুন্সিগী নিকো যমুনা—!!!"। ("নত্তে রোশন—পুন্নমক বিধাতাগী খুদোলনি—নত্তে, নংগী রাশক !"—॥)

রোশন অমসুং প্রকাসনা ঙাইহাক কপ্লবা মতুংদা যমুনাবু ফৈবম্ননা পুরক্লগা অঙহা চীং কাগ্ননা ঈশ্বরগী মাঙদা লৈ-সু খরগা লোয়ননা কংলে অদুগা মচোক ২ কায়রবা থম্মোয়না তেংথা ২ হিক ২ কপলক্লে। রোশন্না ফিগাউদা য়োমহনা পুরকপা জাতিকুপ্পী ময়ামতু যমুনাদা চাইথ চাইথরগা ঈশ্বরগী মফমদা যমুনাবু শিন্নথি। ঈশ্বরগী মফমদা লৈশি লৈথোক্তহনা যমুনাগী আত্মা শান্তিগীদমক্তা নিজথি।

---

# লৈচিন্নক্তা যমুনা

রোশন অসি নোংম নোংমগী চাদ-থক্তবনা মন্নাং কংশিল্লক্লে। মহাক্কী মপুন্সি ওইজরিবী যমুনা লৈথিদবদগী মহাক্কী রাথল ১সুং থৌনা পুম্বা লোইনা হনথরে। রোশনগী মমা মপানা করিগীনো হংবদসু মফম থংনদ্রে। রোশন্না শিলংদা লৈরিঙৈদা ইন্দিয়ান নেভিগী পরিক্ষা য়াওথি অমসুং মাঙ্গল ওইরহনা মহুগী

কোর্স হৌবা ঙাইদুনা লৈরিংনি। ইংবাতোংস্নানা মচানা হুংঙাইতবা অসি উরগা 'ইচানা হায়বতা য়ারনি' চৎনিংবতা চৎলু তৌনিংবতা তৌ ইপা লৈরি' হায়দুনা তোফম থংব্রদুনা বক্সিদগী শেল মপুল ২ পুথোকতুনা পীরে। রোশন্না চাক্লিবদি যদুনানা মহাকপূ হুন্দোকপিরমলগা বৈতরনি তুরেন্দা কনানা খুৎশম্বীদুনা লানবিরমগদগে হায়বা অসিতনা ঙাওবনি। রোশন থুৎলাইনা থাখরবা শাগুম অচিকপদমক পামলদুনা চীংলোমদা অমুক লাক্লে। রোশন্না উয়োক চিংগী চিংদোলদা কাখৎলগা উচান পাম্বী ংগী মরুমদা ফমলগা মথং ২ য়েংশরক্লি।

"চীংশাং পাং শিং অদুগী রাংল-রাংলবা চীংদোন কয়া কয়ানা লৈচিনগী মথক্তা ফাঙীগৎখরি। চীংশাং নাপোম অদুদা চাউর-চাউরবা উজাও কয়াগী জঙ্গল লৈখারে। শজি শঙাই-শিংনা চীংয়াগী লম্পাক অদুদা শরুপ-শরুপ শজিক চারি। চীঙ্খা লম্বী অদুদা চীংগী মীশিংনা মচিং ২ চৎলি। সকমাই তুরেলগী ইরিলনা থেক্লা থোইনা চংখরি। তুরেলগী নাকল অনিমক্তা হঙাম অমম্ভুং গেদুগী ইংখোলশিংনা পুমশং পুমশং শংনা তুরেল অদুবু ইন্নখরি। ইঙ্খোলশিং অদুগী মরক মরক্তা মনা পুংলবা তেরা পাম্বী কয়া কয়া হৌরি। তেরা মপাল মরক্তা উচেক শঙ্গু ২ পাইশিন্নিবা অদু পিকতক ২ উরি। শারবা মতম অসিদা পি থাদোই কৌনা চেক্লানা মশাবিবু চাক্ল ২ কৌরি। লৌরেল লময়াইগী লৌদুক্লা নোংপোক মায়কৈ শিনখরি। কনাগুম্বা ইঙ্খোল ঙাকপা মীশিংনা তুরেন্দা ঈশিং শোকপা কুমথরি।

নিপা মচা ময়ামস্থ তুরেলগী মুংফোদা পিকতক পিকতক, মচিং মচিং চৎলি।

পুন্নমক অসি য়েংল-য়েংলদুনা রোশন্না মমিত্তা মপি তপ ২ তারগনা যমুনাগী রাখন্দা ঈরারুরি। মী লৈতবা চীংদোল অত্থদা রোশন্না মখোল থোক্না কপলক্লে। ওথোকপনিদা লাইবক থিথ-রেদা যমুনা; মতমগী নোংলৈ মুংশিংনা কন্না কন্না শিংলিবসি নংদি খংত্রবনিকো; অত্থগা কলেজদনা নঙুং নমান্নবীশিং অহনা নংগী ফমফম থাকলিবসে পুন্নমক নহাক খংত্রবনিকো যমুনা।

চিক্লবা মফমসিদা তাবি নংগী খোঞ্জেল শেংফাত্তবা স্থরদা; উরি মমিশামি নোকমিরবা নংগী মায়থোং লৈচিন-নোংফাই মরক্তা যমুনা!! ঐগী রাথলগী থোংজাও পুন্থা লাইনা লোনশল্লন্নবকো ......যমুনা.. ।” অস্থন্না রোশন্না ঙাইহাক কপ্লস্বদগী রাস্থ-কবগা জ্ঞান তারকপদদি মুমিদাংরাইগী ঙঙ্গ্রানরবা মুমিংকী মঙালনা লাইজিং চীংদা য়ৈরম্রে। কুমথগনা লাকপদা প্রকাসনা থিরক্তুনা মখোয অনি চংমিন্নখরে।

---

# শেনদ্রা চীং

রোশন্না চাকম থকফম খংদনা লৈরকপা অসিদা প্রকাসস্থ য়াম্না শোবখরে। রোশনগী পুক্চেল শিং-নান্না খ লবা প্রকাসনা অরাবা অসি উবদা “খল্লুবগী কান্নবা লৈত্রবনি” হায়না পুকমেল

পাউমেন্নৈ। যৌবনগী মতম্নি হায়বস্ন কাউ থাক্লে। "মুংঙাইতবা রাখল, অরাবা চিন্তা খুদিংমক অসি পুন্না ২ চৎমিন্নবগুম রোশন অমসুং প্রকাস মখোয় অনিস্নু পুন্না ২ চৎমিন্নৈ।" রে শন্না মুং-ঙাইতবদা প্রকাসস্ন অরাগী ঈপাক্তা তাদুনা ময়ুমদগী মপাল থোকখিন্রে। মমা মপাশিংনা মুমিৎ থাগুম য়েংজরিবা মচাশিংনা রাবৎদা উপাই লৈত্রে। মেমিচাস্নু মমা মপাশিংদা মবুংশিংনা রারিবত্বগী মরম শুকহায় হায়দোকত্রে। প্রকাসনা কোইশাম্বা থা-দোকখিবদগী রোসসর্সী দেবীগী মরমদস্নু খংখিদরে। অহবু নোং-মদি সর্সী দেবীগী মবুং কিরন সিংহ লুহোংলে হায়বা পাও অমথক্তি মমান্নবা অমগী মচিন্দগী তাখি।

রোশন্না 'হি য়াম্না উনিংলে, শেন্দ্রা চীং কারগা লোক্তাক প্যাংকী ফজবস্নু য়েংলুসি, হি হোল্লগস্নু শান্নরুসি' হায়না প্রকাসতা হায়রৈ। প্রকাসকী অপাম্বা অহুতা রোশন্না য়াহুনা লৈরবা, রোশনগী অনিংবা অহুতা প্রকাসনা ঙাইহুনা লৈরবা মতম অসি-দদি মখোয় অনি হোয়নি-মায়নিস্নু হায়দনা চৎপদা লেপ্পরে।

নোংঙাল্লরুবদা মখোয় অনি অমনা অমবু হৌনরগা গাড়ী থোঁদোক্তুনা লাকলে। রোশনগী ওপন কার অদুদা অমনা থোঁ, অমনা বিনোকুল্যার পায়রগা লম্বীগী ফজবা য়েং, অমনা অমুক থোঁ অমনা অমুক য়েং তৌরকপা অসিনা বিষেনপুর য়োরকপদগী লোক্তাক চীং ককফম য়োরুরে। মখোয় অনিনা লোক্তাক প্রোজেক্টী ফোটো য়াম্না লৌরবা মতুংদা হন্দোরক্তুনা মোইরাং য়োঁশিল্লক্লে।

মখোয় অনিনা খাইদগী লানজং থৌবদা পামজবা সুভাষকী মূর্ত্তি অমা ফোটো থৌরে অদুগা মেমোরিয়েল হোলদা চংলগা সুভাষচন্দ্রগী ফোটোশিং—সুভাষচন্দ্রনা ইহান হানবদা শিঙ্গাপুরদা থুংলগা লাম্মী খোম্বা—অদুদগী মেঙ্গুন্দা য়োথিবগী ফোটোশিং অমা মথং মথং য়েংলি। প্রকাশতদি থোইনা হৈনখরবা ফোটোশিংনি। ফোটোশিং অদুগী মমিং মথা অমসুং তারিখশিং অদু অমত্তা চিথদনা পারি। রোশন্না চৎলসি হায়রকপদগী মখোয় অনি মথং ২ কুম"রক্লে অদুগা শেন্দ্রা চৌংথকী তুরিস হোম তান্না গাড়ী থৌগৎলক্লে।

গাড়ী থ'মলগ মখোয় অনি বিনোকুলার অমমম পায়রগা য়েংলি। ঈপান্থাগী মতম ওইবনা য়েংবদা ওম্বে'ক্লা হুংঙাইথরে' হায়না মথন মথন থন্নরি। "মুমিদাংরাইগী হুংশিংনা লিরি-লিরি শিংলকপদা মঙকশমশিংদা পুল্লিবা তাইশিং অদুনা ফর-ফর হায়রি অদুগা লোক্তাক্কী ঈয়ারানা ঈপোম হৌরি। চৌংয়াগা তাইনখরিবা তোর্ব্বান অদু নোংবাল্লৈ তিম্থংনা শা-কৈ লৈবা থংলোই অসুম লাপ্পা য়েংথিবদা লোক্তাক্কা লফুপাংকা শন্নখরি। অদুদগী তেরাগী পুরেং শাবা থুল উথরি। চৌংথারোমদা য়েংলকপদা থাঙ্গ অমসুং করাংগী চৌংনা পাৎ ময়াই অদদা তুমিল লৈবগুম তৌরি। ঙা ফাবগী চাওর-চাওরবা হিনা মথং মথং হোন্দোক্লরক্কুনা হিবান্দা কাক ২ য়ৈরি। হি থরনা শক্তিক হাপ্লগা থাঙ্গরোমদা হোক্লিথি। হিবালশিং অদুদা ঈপোম্না ফুবদা ফ্লাক-ফ্লাক লাওনা মখোন থোক্লি। থাঙ্গ থুলগী পাথং থরনা হিরুবাক্তা ফমল্গা বাঁশী থোংলি।

পাথং লৈশাবী থর অমনা পাংখাইদা হিয়াং তাঃরি।”

পুন্নমক্ত অসি উরুরগা মখোয় অনিস্থু হোল্লুসি হায়ঃনা গড়ীগী মমা'-সিটতা মপোং মচৈ থমুগা কুমথরক্লে। প্রকাস অমসুং রোশন মখোয় অনিনা হি অমমম রাইরগা নৌ পায়দনা হি-হোধা তমলি। হিনা খজিক্কুং লেংবদা লুপংথ গদবোই নিংহুনা মখোয় মথন-মথন্তা ঈশিংদা যন ২ চোংশজরি। মখোয় অনিমক হি-হোংবা হৈতহুনা অমুক হক তাশিন, অমরোমনা অমুক হক লৈশিল তোহুনা লৈরে।

তাঞ্জা অসিদা কিরন বাবুনা মচাক্কী লুহোংলুবা কুইদ্রিপী হুপী অমসুং মচন হুপী সর্সা দেবীগা লোয়নননা শেন্দ্রা টুরিজম হোলদা থুংলরে। মখোয় মথেৎনু রোশনগী গাড়ী মনাকম্ভা খাম্মী অহুগা মথং ২ কুমথরক্লুন পোক্ত ৰী ফজবা য়েংলি। আ—লোক্তাক ঈয়াইদা নিগা অনি হি-হোনবা হৈতহুনা হিদগী পোপ-পোপ তাবন্থু মখোয়না য়েংলি।

রোশন্না মগী গাড়ীগী রেডিও অহু মুথ লমদে। রেডিও অহনা প্রোগাম লোইশিনখিহনা ঙংলগা লৈরে। কিরন সিংহ রোসসর্সী দেবীনা মীগী গাড়ীগী রেডিও অহু মুথংলুরে। গাড়ীগী মমাংগী সিটতা বিনোকুলার অনিথক লৈবা অহু উরহুনা মনম্মক, “ইনম্মা বিনোকুলার অনিথক 'সিদা লৈরে” হায়না হায়রকই। মনম্মা, মচল মীগী বিনোকুলারশিং অহু অমমম লৌথংতুনা য়েংবা হোই। মনম্মা অহুনা বিনোকুলার অহুদা থারিবা মীং অহু 'প্রকাস' হায়না পারকই। সর্সী দেবীনা কদায় হায়হনা ইফিং ফিংনা

লোক্তাক ময়ায়রোমদা য়েংখরি।

প্রকাসনা হি মথক্তগী 'ক্ষবুং' লাওথৈ ঈশিংদা ডাখ্বরগা কাখংলকপা অদু সর্খী দেবীনা উরে। ইগা থাজদনা প্রকাস ওইরম্বা অদু উবদা সর্খী দেবীনা এ-এ-এ—লৈরে-লৈরে-লৈরে হায়রকই। মনম্মা অদুদি প্রকাস কনানো হায়বা খংবী হুপী নত্তে। রোসসর্খীনা লৈরে, লৈরে, লৈরে হায়রকপদা, "হায়মা অঙাওবী রোস, বিনোকুল র অসিদা "প্রকাস হায়না মিং থারি হায়বনি—ঐদি "প্রকাস" মশকম্ব খংদনা হায়রকই, রোস দেবীনা "ইহে" হায়দুনা ফাক ২ নোকলে।

রোস দেবীনা মাগী বিনোকুলার ভদু য়েংবদা "রোশন" হায়না থারমলে। অমদু অমুক মংম্মদগী লৌরগা য়েংবদা "প্রকাস" হায়না থারমলে। সর্খী দেবীনা, "ইনম্মা ঐ অসিমা অমুক য়েংগে" হায়রকই। জ্ঞান তারবী মনম্মা অদুনা রা লৌখংলকই,—"সর্খী নংনা ঙসি তৌরিবা অসি ঐ ভাব তারে—ঐনা" প্রকাস হায়না পাই, নংনা এ-এ-এ,—লৈরে, লৈরে, লৈরে হেমা হায়বা অদুগা মান্নবা পোৎ অসিনা নংনা ঐঙোন্দগী মুল্লগা য়েংবা—নংবু পুমঙাও ঙাঙরবরাও !!" সর্খী দেবীনা "ইনম্মনা হেন্না ঙাওখরে, চপ মান্নবরা হায়না য়েংবত্তনি" হায়রগা ইকাই খ্যাংদগী মচিল পেখোল্লগা নোক্লিং নোক্লিং খাংলি।

টুরিস হোমদা মী খর লৈবা উরদুনা রোশন অমসুং প্রেকসম্ব ইকাই ইকাই কাররক্লে। মখোয় অনিগী অচোৎপা অদু য়েংনরগা রোশন্না প্রকাসত্তা হায়রকই "প্রকাস নংনা নাহালরাই রোস

দেবীহোই পুখরিদা চোংথবত্থগী গা য়াম্না মান্নথরেহে।” প্রকাস খংলিং নিংশিংলক্তুনা “চুমই, চুমই, উম য়াম্না মান্নথরে” হায়বা লোইকাত্তুনা মমায় খংগুন ওনখৎলকপদদি রোস দেবী অদু লেপ-তুনা লৈরমলে। প্রকাস ইকাইমনথরত্থনা নোংবাল্লে তিথ্যং মরক্তা চোংথগদবদা থাকলে। রোশনসু ইকাইমনথরগনা মমায় ওন্থোক-তুনা কারক্লে। প্রকাসসু মতুং ইন্না-ইন্না কারক্তুনা গাড়ী মনাক য়োরক্লে। রোশন্না মফি-মরোল শেৎচিনবা লোয়রত্থনা মাগী বিনোকুলার অত্থ এয়ার বেগতা হাপচিল্লি। প্রকাসতি মাগী বি-নোকুলার লৈরমদবা অত্থদা কোইয়েং য়েংলকপদা রোসসর্সী দেবীনা পায়রি হায়বা খংলবত্থদা ইকাইত্থনা হায়দনা তুমিন লৈরবনি।

রোস দেবীসু মানা ঙসাই লাকপদা মরি পানবা হেগু বেগ মচা অমা পায়রকই। প্রকাস অমসুং রোসন কাখৎলকপা উবদা মনম্মা অত্থদি মপু লাক্লে খংলত্থনা বিনোকুলার অত্থ মপুগী গাড়ী মনুংদা থমথরে। মচন মুপী রোস দেবীসু থমথরবোই নিংই। রোস দেবীনা পায়রিবা অত্থনা মাগী হেগু বেগ মরি পানবী অমুবী অত্থনি হায়না খল্লিবনি। ফি-শেৎপা লোয়রগা রোসন্না প্রকাসতা “নংগী বিনোকুলারদি” হায়না হংই। প্রকাসনা রোস দেবীদা মমিং হাইফেং খৎলগা লোন্না রোশন্দা তাকই। রোশন্না প্রকাসকী বিনোকুলার অদু রোস দেবীনা পায়বা উরে। রোস দেবীদি প্রকাসনা মাঙোন্দা মমিং খৎখিবদু হাইফেং উহোই। প্রকাস-থোইনা মাঙোন্দা ঈরাং তৌরিবনি খল্লদুনা, থোংবীনা লৈমায়থক্তা তক্ল-তক্লদুনা রোস দেবীসু ঈরাং কম্না তৌরি। মথুত্তদি বিনোকু-লার অদ ফৎ-ফৎ হাইরি।

তৌরিবা ঘন্না অহদা রোশনদি খাংবা ঙমজ্রহুনা মচিন মেম্না টুরিস হোমগী মনিংলোমদা থিক ২ নোক্লগা চেনখ্রে। প্রকাসতি চেনখিসি কদাই চেনদসি কদাই তৌহুনা মতুং হল্ল হল্লহুনা লাকপদা নুংদা থেংজিন্দুনা লোংনা তুরে। 'হস', হায়গুনা হৌগৎলগা টুরিস হোম মনিংলোমদা চেনখরে। প্রকাসনা তুখিবা অহু উহৌরহুনা রোশন্না হান্না নোক্লম্বগী মথক্তা মপুক নয়্নগা শিথ-শিথ নোকখরে। প্রকাসস্থ থিংবা ঙমজ্রহুনা রোশনগী মনাক য়োরকপদা মপুক পায়গুনা ইশি শিনা নোকলে।

রোস দেবী অমসুং মাগী মনম্মা অহস্থ প্রকাসনা তুখিবা উহৌই। প্রকাস ইকাইখিনি হায়রগুনা নোকনিংবনা মচিন পে-থোক্লহুনা, মমায় মমায় ঙনথোক্লগা লেম্বা শারহুনা লৈরি। প্রকাশ অমসুং রোশনগী মওং মতৌ অহু উবদা নোক্লিংবনা থাংবা ঙমজ্রবা কিরননা টুরিস হোম অহুগী মনিংলোমদগী থোরকই। কিরন সিংহনা মচনম্নুপীনা বিনোকুলার অমা মখুত্তা য়ানবহু উরদুনা "কদাইদগী বিনোকুলারনো" হায়না হংলকই। রোস দেবীনা "ইহে"! হায়দুনা বিনোকুলার অদু মীগী গাড়ী মহুংদা থমলুরে। মনম্মা অদুদি রাম্বুরদুনা মপুক পাইরগা নোকখরে। কিরন সিংহস্থ খিক থিক নোক্লে। রোস দেবীনা মানা তৌখিবা অদু নিংশিংলুরগা অমদি মবুং মনম্মগী মওং মতৌশিং অদুদা নোকস্থ নোক্লিংলে, কপস্থ কপনিংলে, ইকাইস্থ ইকাইরে অদুগা শাওস্থ শাওনিংলে। মনম্মা অদুদি মপুক পাইদুনা নোক্লি অদুগা নোক্লা-নোক্লা হায়রকই, অঙাওবী-

শিদে, করিনো·· ঙসিদি চেপ্পা থংলে" অসি হায়দুনা ঙাই-হাক নোকলগা চৎকদবগী শাজেল তৌখরে।

প্রকাস অমসুং রোশন্না "মখোয় চৎথরবদি ঐখোয়না করেম-নবা নাল্লনি" হায়দুনা নোকপা থম্লগা থোরকলে। রোশন্না নোক্লিং-নোক্লিং তৌনা রোসসর্সী দেবীদা য়েংলগা "অসিদা লাকলিব্রা" হায়রগী মওং উংলি! মতম অসিদদা রোসসগী না ইকাইবা থর ফাক্ত। মখুং কিরম্না গাড়ী ষ্টার্ট তৌরদনা টুরিস হোমগী থেক-কোইরবা লম্বা অঙ্খদা থোংখরে। প্রকাস অমসুং রোশন্না মখুং থাঙ্গৎলগা বাই-বাই তৌবদা সসী দেবীস্ ইকাই-ইকাই বাই-বাই ফাওবদি তৌরম্লগা চৎখরে।

রোশন অমসুং প্রকাসনা গাড়ীদা চংশিন্দুনা য়েংবদা বিনেকু-লার অদু গাড়ী মমাংগী সিটতা লৈরমলে। রোশন্না বিনোকুলার অদুদা খুদোনবী থিল্লগা ফাক-ফাক নাকই। প্রকাসনু নোকপা থাংলম্বদগী থংগা ঙমত্রদুনা ফাক-ফাক নেংক্রুনা লৈহোরে।

# মরূপ কায়নবা

রোশন্না ইণ্ডিয়ান নেভী চংলমদায় য়ৌশিল্লক্লবদা মহাক্কী নুংশিজরবা মরুপ প্রকাসকী কোইবা শাম্বা অসি মণং তানবা হোৎনরি। অসুম তৌনা প্রকাসকা রোসসর্সী দেবীগসু নুংশি ই:খৌলাংমিনন্দুনা নুমিদাংগী থাজ অমসুং নোংইল অনিগী কুম্মেবু পেন্না পেন্না য়েংজরি, তগুপ তগুপ থোকপা থরানমীচাক পরেং পরেং য়েংহুনা থাবলগী মঙাল্না ফুগাইনা শাৎলিবী লৈরাং কয়াগী মরক্তা চেপ চোংহুনা শান্নরি। পুম্নমক অসি লোম্না য়েংলিবা রোশন্না পেক্লরি। অহুগা মরক মরক্তা 'যমুনাবু' হেক নিংশিংলকই। অসুম তৌনা প্রকাপ অমসুং রোসসর্সী দেবী মথোয় অনি অসি নুংশিবনা থল্লবা, নুংশিবগী কুম্মেদা নুংশি শৈশকমিন্নরি।

ঙসিদি প্রকাস অমসুং রোশন মথোয় অনিগী কায়নবা নুমিৎনি। রোশন্না চৎকদবা নুমিৎ থরনি রাৎলিঙৈদগী হৌনা ইমুং অনি অসি লৈফম থংনজ্রবনি। রোশনগী মপা ইবোতোনম্বানা মচাগী চৎকদবা নুমিৎ অসিদা জ্ঞান মাংহুনা মপি তৈথোক-তৈথোক্লদুনা রাখল তৌরি। মীনা মাবু উথরগা করি থল্লমগনি হায়বা মঙাক কাওথোকলে। মচা রোশন্না তুমলিঙৈদগী হৌনা হায়নিংবা হায়, ঙাংনিংবা ঙাং তৌহুনা তুমদনা লৈ-রক্লবনি। রোশনগী মমা লৈমা দেবীসু, কংস মহা পাপীনা

পোকপত ঙাইরিবা অঙাংবু দৈবকীগী শেগাদগী চিংথোকখিবগুম শিগনি চংগনি খংত্রবা মচা রোশনবু নেভী চংখরগনি খল্লুবদা তুম্বা চাবা খংলক্তনা, অহিং তুমদনা মিংশেল খাংলক্লবনি অত্তবু অমরোমদা অমুক অমত্তা পোকচবা মচ। নিপাবু লৈবাক লৈমগী মফমদা শিন্নখিবা অমস্তুং কাখোকখিবা, মসি পুন্নমক মায় পাকলকসন্থ জয় ওইরকসনু হায়না পেস্থোক্লি। অত্তবু চংকখবা মুমিৎ অসিদদি ওম-থোইনা খাংলক্লে।

নোংঙাল্লবদা লৈম দেবীনা মমিৎ মমায় ইচাও চাওথংনা ইরু-মায়থজবা লোইরগা ফি-রোল হোংদোক্তুনা মচা রোশন্না কমুংদগী হৌগৎলকপদা ধুপ-থাউমনা ওক্লি। মমায়-মমিৎ তাথোকহল্লুমা চাক অশায়া তক-তক শিজরি। মপানা ফিদাদা কমলগা মমা মচা মথোয় অহুম ইকোয়-কোয়না চাক চামিন্নরি। মপানা হিক-হিক লাওনা রা মচেৎ-মচেৎ ঙাংলি। মমা লৈমস্তু মপি শুৎ-শুৎ তৈথোক্তুনা মচা রোশন্দা চাক অমুক ইন, ঙা অমুক ইন তৌবিরি। অহুম তৌনা চাবা-থকপা লোইরবদা প্রকাসকী ইমুং-মনুংস্তু লোইনা লাক্লে। মেমিচানা হিক ২ কপ্লহুনা ইমুং চংলকলগা মবুং রোশনগী থোংউপ-থোংগ্রাওশিং অহু তৈথোকনাম্থোকলি। প্রকাসনা মমান্নবগী কুরিৎ থোংগ্রাও, তাই-হুং শেম-শাবীরি। রোশন্না ফি শেৎপা লোইরগা প্রকাসকা মথোয় অনি ঙাইহাক চেক্তেং কোনশিনমিন্নরগা কপমিন্নে। মহু উবদা প্রকাসকী মমা মপা, রোশনগী মমা মপা অমস্তুং মচন মুপী মেমিচানচিংথা পুন্নমক রা-রা লাওনা লৈমায়থক্তা ওল্লুনা কপ্লে।

রোশনগী মপা ইবোতোম্বানা কপলদনা “অসিগুম্বা কুম্মে অসি করম নংশিবা, হে ঈশ্বর’ হায়না হায়রকই। রাহৈশিং অসি তাবদা মংগোলদা যল্লিবা অহল অমা অনি অহুস্থু মপি শুং-শুং তৈথোক্লি। রোশনগী মপানা অহংশিং অংদা কপলগা খুরুমই। মমা লৈমা লৌস্থু কপ্পা ২ খুরুমই। চৎপা মতম য়োশিল্লক্লবদা রোশন অহু মাংগোল অহুদা মমায় নোংপোক ওন্দুনা কোরৌহনবা হুমিৎনা থোরকপা অহু য়েংলি। হুমিৎকী ভাঙ্গানিরবা মশেক্লা রোশনগী মমায অহু নিক-নিক লাওরি। মমা লৈমনা ধুপ-থাউমৈ ওকথোক-পদা রোশন্না মমাদা খুকমজরি, মমানা কোল্লহুনা মচাবু বর পীহনা মংকোক্তা নাম্বর্ৗী। রোশ.। মপানা অমুক খুরুমই। মপানা মচাবু কোনখৎপীরে অহুগী মমা মপাদা খুকমলবা মতুংদা হেক পোকপদগী চামিন-থকমিন্না তৌরক্লবা মরুপ প্রকাসতা ওন-শিন্দুনা খুরুমই মতমসিদা প্রকাসনা “চৎলোকো মরুপ,—পুক-নিংগী রাহৈনা করি হায়রগা মরুপ নহাক্লা পেনগদগে হায়বা ঐ থংদ্রে—চংলোকো মরুপ” রাহৈশিং অসি ভাবদা রোশনস্থু মমিওা মপি তারহুনা—“থংলে মরুপ, থংলে তোকলো।” অসি হায়রহুনা মচল মেমিচাদা ওনশিল্লকই। মেমিচাদি অশাবা মৈবু কোল্লগা থম্বগুম মথম্মোয় অহু চিঙ্খাইগদৌরে। “ইবুং রোশনগী হুংশিরবী ইচল মেমিচা—নবুং অমুক চৎলুখিগেকো।” রাসি তাবদা মেমি-চানা—“চৎলোকো তামোচা—তামোচাগী লাইবক থীরবী নচন অমা লৈহৌই হায়বা সিমতদি কাওবিগনুকো তামোচা।” মচল মুপীগী রা তাবদা পেল্লবা রোশন্না পিরাংনা মমিং অদু থুমলক্লে।

"অষ্টক ়াগন্বা নত্তে মেমিচ' ; ইবুং তত্না থোরক্নি ; নং মী ওইনবা হোৎনরম্মুকো" হায়হ্না মচনবু থেমজিনবী রকই। রোশন্না মাংগোল দাবিদা লেপ্লগা যাত্রা পুংফম ৬'ইনা স্বর য়েংলগা মখো' কাম্থরে। প্রকাসনা মাগী তৈয়ারি তৌহনা লৈরবা মোটর সাইকলগী মনিংদা মরুপ রোশনবু ফমহল্লগা থোবা হো-রকলে। রোশন্না মহামদা মমায় ওনশিনজরহনা মখুৎ থাক্সংলগা "বাই-বাই" তৌরকই। ময়ানস্পু হরাও হরাও বাই-বাই তৌরহনা খর ইন্নরম্লগা লাপ্লা উথরি।

প্রকাসনা এম, এস, টি, - সত্তা রোশনবু কাৎহল্লে তদুগা অর.ৎ অপা চোক তৌহল্লে। থোৎ হোরবা গাড়ী অহদগী রোশননা মপি তপ ২ তারহনা প্রকাসত্তা মখুৎ হায়রকই প্রকাসনা কৎ কপ্লা মরুপপু বিদায় পিহনা লৈহোরে। যমুনা মগুংলাংগীদমক চাবা থকপা মফম থংদনা লেপ্লরবা রোশন্না মরুপ প্রকাসপু থা-দোকল্লগা চংথরি—"ওস্তোকপনি,—হবু চারগা মীনা শিনৈ তৌ-ইগুম্বস্পুং যমুনাগী মুংশিৎবু হনি থংনা ২ চানরবা রেশনা হিংলে অহুগা হু ওইরিবা যমুনা দেৎনা শিরে অহুগা মুংশি হু চাঞ্জনা রোশনস্পু মপুন্স চুপ্পা যমুনাগীদমক অমুতাপ ওইরি।" সোমহনা মরুপ কাইনবগী মৈশা লাংলবা প্রকাসনা ভাইহাক লেপ্লগা চীংলোমদা মোটর সাইকল থোরক্লে। চীংগী লোংরোই ঙস্বা লম্পাক অমদা গাড়ী থোৎগা মোটর সাইকল অহু ইনথুরম-লহনা থনলমলগা চীংদা কাথৎথরে। প্রকাসনা মরুপ কায়-নবগী মৈশ অহ খর কোক্লবা বজারগী সরক্তা হর গাড়ী মরি ২

চৎপা হন্তু য়েংলি মহাক্কা হরাগাড়ী অমা চীংলম্বী অহুদা অস্থুম থৌজিল্লকপা উই। চীংহুগী হস্পাক অহুমক্তদা থৌজিল্লকতুনা থামলরে। প্রকাস ইঙক ঙকই অহুগা মুন্না য়েংলগ লৈ। গাড়ী মহুংনগী হুপী অনি কুমথরকই। মখোয়না প্রকাসগী ইনথুব্রনা লৈরিবা মোটর সাইকল অহু উদে। প্রকাসনা মুন্না য়েংথোরক-পদা মীশিং অহু মশক লাকশিনবা ঙমদ্রে। অমদি ইরং-লংবা খুংশু খুৎলাই থর প্যাইবগুম উই। মীনা উদবা অশোংবা নারক অমদা মখোয় অনিমক চৎথরে। প্রকাসসু চীংথক্তা অহুম ফন্নগা লৈরে। য়াম্না কুইনা ফমলবা মতুংদা অঙাং কপ্পগী মখোল ১ হায়ফেং তাথ। প্রকাসনা রাথল মুন্না থন্নগা অহুম ফমই। ঙাইহাককী মতুংদা হুপী অনি অহু থোরক্তুনা গাড়ী থৌহুনা চৎ-থরে। মানা তপ্পা ২ কুমথরকতুনা মোটর সাইকল অহু অশোংবা মফম অহু তন্না থৌজিল্লে। উনা-রানানা কুপশিল্লিবা মফম ১দগী অঙাং কপ্পগী মখোল তারকই। মানা চাপ্না য়েংবদা মখোয় মরিল কক্লবা অঙাং (হুপা) অমা ইচাও-চাৎনা লৈরমলে। মানা অঙাং অদু পম্নগা পুযোরকই অহুগা মোটর সাইকল মনাক্তা থম্লে। মহাক্কী ফুরিৎ কোট লৌথোক্লগা মোটর সাইকলগী সাইড বোক্স মনুংদা থারে অহুগা মাগী অমোনবা ফুরিৎ অহুনা অঙাং অদু য়োমলগা সাইড বোক্স মহুংদা ফজনা হিপহল্লে। অঙাং অহু অঙা-অঙা হায়না কপই। মীনা উথিগত্রা হায়হুনা পোকথে ক্রম্বী মমা অপ্রদগী মহাক্কা হেন্না থরায় রারহুনা পরপ ২ হোৎনরি।

প্রকাসনা মোটর সাইকল অদু থৌরাক্ল। অহানবদা অঙাং

অহু কপলমই। গাড়ী তপ্পা ২ চৎপা অহুদা অঙাং অচ থেম্বগুম থোক্তুনা কপ্পা তাকখ্রে। মহাক্লা তপ্পা ২ লাকপা অসিনা মেন রোড য়ৌরে। স্কুল কানরকপগী মতম ওইনা তৌবনা লম্বী অদু ছাত্র-ছাত্রী কয়া অদুগা কলেজ কারকপী মগুং মমাম্নবা কয়া থেং-নবা অদুদা মহাক য়াম্না ইকাইরে। মরমদি মহাক্লা খোংগ্রাও ইরু লুনা শেৎলি, ফুরিত্তি লিত্তে অদুগা মশমস্থ লুনা হাৎলি। য়েংবদা নাতৈ অমা ইচা চাদে অদুগীসু মথক্তা সাইড বোক্স মন্নুংদা য়াওরবা অঙাং অদুনা কপ্লক্ক্রা হায়না মথল্লায়স্থ রাই, মরম পুন্ন-মক অসিনা মহাক্লা মী মরক অদুদা মুংশিৎকী মাং থারদুনা মী থেঙ্গে ২ তৌনা থৌরকলি। মহাক্লা খল্লি অ-া-শ মীকা থেংদুনা অঙাং অসি হৈদোক্লবদি ওম্থোক্লা নাতৈ চারোইহে।

ময়ুম য়ৌরকপা মতমদদি রোশনগী মপা মমাস্থ মচা লৈত্রবা ইমুং অদুদা লৈরা হৈনব্রদুনা প্রকাসকী য়ুমদা লাক্লগা মখোয় মথৈ লোইনা ইকোয়-কোয়শিল মাংগোলদা ক্ষমলগা লৈরমই। ঙসিদি মেমিচাস্থ কলেজ চৎত্রে। তাপ্পা অসিদা প্রকাসনা গুমাংদা গাড়ী থামই অদুগা নোকমি ২ তৌই। মমা মপাশিং অদুনা মাগী মতৌদা কিনরে। মমাম্নবা থিম্মোকপা চৎথরগা অঙাওবগী মতৌ-গুম ফুরিৎকা ইরৌ লৌথোকতুনা লাকপা অদুদদি থকউ-চারু-রবোই নিংলে।ঃ রোশনগী মপানা রোশন চৎথরবরা হায়না হংলি, প্রকাস অদুককা খুমদে। নোকমি ২ তৌরগা মাগী মোটর সাই-কলগী সাইড বোক্স অদু লৌথোকপা লারুরি। মতমসিদা অঙাং অদুনা অঙা অঙা হায়না কপ্লক্লে। মচল্ মুপী অমস্থং মমা মপাশিং

অদুগা হাইমা—হায়দুনা ইংক ঙক্কু না য়েংলগা লৈরে। অঙাং মংগাল তাবা অদুগা অউবা মী থরস্থু চেনশিল্লক্কুনা য়েংলে অদুগা অংগাবা মখেনা প্রকাসনী মমা অঙাং উনরে হায়দুনা রা-রা চেনশিল্লক্লি। প্রকাসনা অঙাংদু লৌথোরগা মাঙ্গোলগী নাওশুমদা হাপকংলে।

ময়াম অদু ইবোয়-কোয়শিন য়েংলি। থর অমনা য়াম্না চাওই, থর অমনা মশক ফজ হায়দুনা কোক্কা ২ নাওস্থম অদু ক্রিক ২ ইংরি। কনাগুম্বা থর অমনা প্রকাসতা কদাইদগী অঙাংনো হায়না হংলি। প্রকাসনা চীংখাংদা লৈরমদুনা পুরক্লিবনি হায়না খুল্লি। রাসি তাবদা ঐনা য়োক্কনি, ঐনা য়োক্কনি হায়দুনা মচা লৈজদবা কাঙবু অমদি হুপা পোক্কবী হুপীশিংনা মশম ২ পায়নদুনা ফুন-গদবদা থাক্কুনা ঙং ২ ঙংনরি। ময়াম থরমস্থু হোৎচিল্লক্কুনা থাম্বস্থু য়াওনরে। ইবোতোনস্না অমস্তুং লৈমা দেবীস্থু মখোয়না পুজগেবু হায়নিংলম্বনি অদুগা প্রকাসকী মমা স্থমিতানস্থু লৈমা দেবীদা কখোক্কেবু থরম্বনি। অদুবু থংনরিবা ময়াম অদুগী মমাংদা উপাই লৈত্রবনা স্থমিতা দেবীনা ঐনা য়োক্কনি হায়দুনা ইমুংদা পুশিনখরে।

———

# পিয়াংলক্ষা ঘোস দেবী

হুমিং থংনি হুংঙাইনা লৈরুরবস্থ প্রকাসনা এয়ার ফোর্স চংলমদায় নৌশিল্লকপা অসিদা ইমুং অনি অসি ইনৌ নৌনা অমুক রাবা হৌরক্রে। প্রকাসকী পিক্তক ওজনী মচল মেমিচানা অহিং হুংথিল থাক্তনা কপলক্রে। মাগী মমাস্থ মিৎতগী পিরাং থকপা লৈখিদরে। মহাক্কী মপা ঠিগালার কুবের সিংহনা মাগী বক্সিরগী শেল লৌথে কতুনা স্থমিংগা লোমন্না মশীং থীবি! প্রকাসনা মফি-মরাল শেংপা কে যরদুনা মুডাদা ফমজগা পৈশা চবুল অমা মশীং থীনা হেংনম্রি।

মতম অসিদা মহাক্কী মচল মেমিনা কলেজগী মগুং মমাম্নবী কয়া ফুল ওইনা মপাগী ফিএটদা হাপলগা পুশিল্লকই। শুমাংদা গাড়ী থামলগা 'রন্থ, রেখা, রাগীনি কুমথলক্লো—লাণ্ড-ও করিগী ইকাইরিবগে? সে—ঐথোয় য়ুমনে—পিয়া, প্রমো, রুহী, স্নেহোম্বী নথোয় অ'স ওনথেক্লা তনথরে, লাক-লা হায়দুনা মেমিচানা মমাম্নবীশিংগা ফ্রুক ২ চংলকলি। প্রকাসনা মপা মমাগা লোয়-ননা পৈশা পারিবা অদু মখোয় ময়াম ওমশিন্দুনা য়েংই। পৈশা ময়াম অদু উবদা মখোয পুমণক ওফই। প্রকাসনা মখোয়বু "কোয়রল্লিব্র' -যমলো লাও" হায়না বৌশিল্লবি। মহাক্লা মচল হুপীদা 'মেম্মা মুড়া পুরকউ. চৌকি পুরকউ, শ.ঙাম লোম্লকউ' হায়না পাখোল শিরি। মমাম্নবীশিং অদুনা পে.থাফম ক.দা

মরি মরি চংখরগা সাইড টেবল মথক্তা লৈরিবা ফোটো অমসুং অরুবা প্লেন মচা অহু পারখৎতুনা য়েংলি। মিংশেল য়েংলগা মশম হাৎপস্থু য়াওরি। মেমিচানা শঙ্গোম পুথোরক্লবদা মমান্নবীশিং অহু মেমিচাগী কাদা চংদুনা শঙ্গোম থক্লি। স্থুমিতা দেবীস্থু প্রকাসনা পুরকপা অঙাং অদুদা খোমচুপ অমা চুপহল্লগা মচাস্থুপীগী মমান্নবীশিং অহু থাংজিলদা লেপতুনা য়ে লুরি। কলেজ ছত্রীশিং অহুনা অঙাং অত য়ে লগা—'য়াম্না নুংশি; মশক য়াম্না ফজে শঙ্গোম ইনশির.' হায়না ঙাংনরি। মেমিচানা 'হুংশাই, থকপা হৈরোই— চৎলো ইমা, নথোস্থু লৈতনা কৈদৌ য়েংবিরিবনে.' হায়রকপদা স্থুমিতানা অঙাং অদু পমল্লগা থোরক্লে। অদুগা কুবের সিংহনা মচানিপ্যা প্রকাসকা লোয়ননা পারিবা পৈশা অহু অমুক য়েংই। মতমসিদা প্রকাসনা লুপা লাক্ষ ৫গা লিশিং ৭০গী শেনফম অমা পাবা লোয়রগা মথা অমুক পাথরক্লি। মচল হুপীনা মমান্নবীশিংগা মাগী কাদা রারী শান্নবীবহু মখোয়না ইশেং শেংনা তায়। মখোয়না প্রকাসকী হয়েং চৎকদবগী মরমদা রারী শান্নরি। প্রকাসকী মরমদা রারী মুক্লম ২ শানরমলগা মচনহুপী মেমিচানা মখোল অহু থর শোম্বরপ তৌরগা "ইনম্মা রোসতি কপ্পদা মপুম খিৎলবনি, খিৎলবা। মাগী শকওই য়াম্না শাথিনবু ওনথরে—কুচু ফাউবা তাই- ফেৎ তাইরেনে" হায়না ময়াম্না মুকম ২ ঙাংনরিব৹ প্রকাসস্থু তারে, মপাস্থু মমাস্থু অমত্তা চিথানা তারে। প্রকাস পৈশা পাবহু হৈনদ্রে ভগুগা পারিবা পৈশাদস্থু পুমকাও কাওথরে। মপানা তুমিন লৈরগা মচা হুপাদা "পৈশা কয়া ভুরবগে" হায়না হংল্লক্লি। মতম

অসিমক্তদা প্রকাসকী মমান্নবা খর চংলকই। মহাক্না মমান্নবশিং অত্নগা ইকোয়-কোয়না ফম্মিন্নরগা পৈশা অদু পাই। মহাক্না লুপা লাক্ষ লাক্ষকী মপুনশিং অদু থিরে অদুগা লুপা লিশিং লিশিংগী মপুন অদু ত্মুক থিরবা মতু দা পুন্না লুপা লাক্ষ মঙাগা লিশিং ৭০ নি হায়দুনা মপাদা পীশিল্লি। অদুগা ঙসিগী খরচনি হায়রমলগা লুপা ২৫০ লৌরগা মমান্নবশিং অদুগা মরি ২ থোরক্লে।

শুমাংদা লেপ্লগা প্রকাসনা মচন হুপী কৌথোক্লগা "গাড়ী পুবা য়াগত্রা" হায়না হংলকই। মেমিচানা 'পুথিহু' ইমান্নবী থিল্লুগদবা লৈরি হায়না খুমলকলি। মমানা "নংগী পাবগী জীপ অদু পু কৈদৌগে?" জীপনিবু হায়রবদি হুপীসূ-হুপাস্থ অমওা হেক মমায় ওনশিল্লু হায়বা য়াদে, করম তৌগদৌরিবনো' ঙাংলকই। রাসি তাবদা প্রক সনা 'মাই তল্লি' হায়রদুনা মমান্নবশিং অদুগা লোয়ননা খোংনা অদুম্মক থোরক্লে। লম্বীদা মচল মেমিচানা মমান্নবীশিং অদু পুরগা মখোয়দগী হেনগৎথরি। মখোয়না থুনা হল্লকউ হায়রগা লৈহৌরে।

প্রকসনা খর চামিন-থকমিন্না তৌরুরগা মমান্নবশিং অদুগা থোরকলে। মমান্নবা খর অমুক উনরুরগা হুংঙাইনা ল্লারী শার-শারদুনা নোক-খেদুনা চৎলি। মতম অসিদা মেমিচা মমান্নবী থিল্লুবদগী হল্লকলে। খর ঙাউবা মমায় থকপা মমান্নবা অমনা —"কনানো হে হুপী—ঐখোয়বু ত্তকথাইরগা নপাপনা শেবোৎ শীবগুম শীগেরা! লাউরকই। মেমিচানা থোংরা শাদনা গাড়ী থাম্বা উররবদা ময়াম অদু ইকাইবনা হৌ-চনগে তৌবদা মথন

মথন থেঙ্গারনরে। মমান্নবা অমনা ইকাইথাংদগী হায়দোরকই—
"করদ চংলুরিনা মেমিচা? নং লক্ষ্ণে চংলেকো।" মেমিচানা
ওমুক "ঙকচরেদা! নংথায়না হুরানবা ওইরগা মীপুম খুদিং হু-
রাপ্লমগদবোই নীঙবরো।" হায়দোরকপদা "এ! চাউরক-শাংলক-
লবনিনা—হৈদি হৈরেনে" হায়রগা মরাম বা লাওনা নোকই।
প্রকাসনা মমান্নশিং অহু মখুৎ শোক্লরে "হয়েং অমুক ঙস্তা;
চংলমদাইদা অমুক উনসিংকো" হায়রম্নগা মেমিচানা গাড়ীদা পুহুনা
চংথরে।

মেমিচানা মীরক্তা কন্না থোহুনা ময়ুন য়োরকপদা মপানা
মাঙ্গোল য়ুম্বীদা ঙারগা ফামই। মমানা মুরা অমদা ফমলগা
অদাং অহু পমহুনা লৈরমই। মপা ইবোত্তমনা অহল অনি
অহুমথক্তা লোয়ননা মাঙ্গোলদা ফমদি। মেমিচানা গাড়ী অহু
দারি ময়াদা থামদগা ইমু চংথরে। প্রকাসম্নু গাড়ীদগী কুমথ-
রক্লগা—"সে গাড়ীসি অমুক্তা শেংদোক্লরাও" হায়রম্নগা চংথরে।
মমা শুনিতানা অঙাং অদু মপাদা পিরম্নগা ফি অমনা গাড়ী অহু
শেংদোক নাম্বোক তৌরিঙদা মেমিচাম্নু থোরক্তুনা গাড়ী অহু তৈ-
থোক্লরি। প্রকাসনা মাংগী সিটতা মখোং কানশিল্লগা গাড়ীগী
সাইড অহুদা মঙক লিথাক্তুনা সাইড মিংশেলদা য়েংলি অহুগা
কোট-টাই পুম্নমক শেমজিল্লবা মতুংদা ফুরিৎখাওদগী রুমাল
লৌথোক্তুনা মমাই মমিং তরু তরু তৈথোক্লি। মাঙ্গোলদা ফম্লিবা
মী পুম্নমক প্রকাসরোমদা য়েংথোরক্লি। প্রকাসকী মমানা মচাবু
'খর থুনা হঙ্জিল্লকউ' ঙস্তা তুম্নবা; হয়েং য়াহৌ ঙগনবা' হায়রি।

প্রকাসনা গাড়ী মমায় লৈথোক্লুনা ঙুং লাওনা থোংদোকথরে।

সর্সীখোয় মমাং মপাদা সর্সীগা থেংনরনা চৌং লম্বীরোমদা অস্থুম ২ থোরক্লে। সর্সী দেবীনা ভপ্পা ২ প্রকাসনী ফিএট নাকন্দা থোরক্লি। প্রকাসস্তু নে কফেৎ ২ তৌজরি। অদুগা সর্সী দেবীদা ভপ্পনা ২রা হায়বা হৌরক্লি। সর্সীদি প্রকাসতা মুন্না ২ য়েংলগা নোক্লিংবোই শাওনিংবোই তৌরক্লে। "হুপীশিংনা মানা ২ প্পামজবা অমস্তুং হুংশিজবা হুপাসিংদা কল্লকপসি ওন-থোক্লা কল্লকথরবোই।"

প্রকাস অমস্তুং সর্সী মখোয় অনিমক গাড়ী থামলগা স.ই-কল অতুনা গাড়ী অদুদা ঙাশিল্লমলে। প্রকাসনা সর্সী দেবীবু মঙকশমদা কোনবোই লাকপোই তৌরগা লোইরোই ২ ঙস্বা চৌংগী লম্পাক অদুদা চেনথংলি। লোইরোই ২ ঙস্বা লমপাক অদুগী খররাংবা মফম অমদা প্রকাস অমস্তুং সর্সী মখোয় অনি রারতুনা ফম্লি। মখোয়না হেক ফম্বগা প্লেন পাইখিবগী মখোল তারি। প্রকাসনা 'ঐ দি হয়েং চৎথরগদবনিদো' হায়না হায়রকই। সর্সী দেবীনা মমিত্তা মপি তরং তরং তারি, মরু থেক লুকথরদুনা মপি অতু শুৎ-শুৎ তৈথোকচরি। সর্সী দেবীনা অস্থুম হায়রকই — 'তামো প্রকাস, হুপা ওইবগী পুকচেল্ল অসি নচল ওইবীশিংনা থাজজবা ঙমজদে। প্রকাসনা 'মরমদি' হায়না হংলকই। 'মরমদি নূপা ওইবশিংনা মশা মশানক্লা হুংশি, প্পামই হায়না লৌজরুবী হুপী কয়াবু মখোয়না লমথাংদা নৈহৎপিরি, মাদু তারু-উরুরগা নচল ওইবী ঐখোয়দি খাইদগী পুকচেল্ল চাওরে হায়রিবা নিপাশিং

অহু যাওবা থাজ্জবা ভনজদে।' প্রকাসনা 'খুদম পীয়ু' হায়না হংলকই। সর্সীনা খুমলকই—'খুদম, খুদম হায়ববু ডিস.ডেমো-নিএনা ওথেলোবু কয়াগী মতীক হুংশিজখরব —ওথেলোনা ডিস-ডেমোনিএদা হাৎপীবা নওনা করি তৌখিবগে?' প্রকাসনা হায়-রকই—"অহুদি নখোয় হুপীশিংনদি নখোয় নখোয়গী হুংশিজরিবা হুপাশিংদা কয়ামুক য়াম্না হুংশিজবগে অমুক্তা তমসিদনা।" মসিদা বাসসর্সীনা খুমলকই—'তামো প্রকাস, জুলিএটনা রোমিওবু হুং-শিবদগী নচন্না তামোবু হুংশিজবনা হেল্লি। মরমদি রোমিও অমসুং জুলিএটতি সেক্সপিয়ারগী কলম মচিন্দগী তাখিবা মুক্তি। তাইবঙ মী ওইনা পোকচরক্লবা নচন্না তামোবু হুংশি হায়ব'সি থাজবি-র.রাইদ্রা তামো" হায়না ওইনবগী মওংদা মমায় লুকথরপ তৌনা লৈ। মাগী তনিক্লবী চিনবান ঈপোম হৌরবা মায়থোং অদ্র যেংঙমত্রহুনা মথাঙুংদা চেজেৎ কোনশিল্লি। তুমিন্না ভাইহাক লৈরবা মতুংদা প্রকাসনা—'সর্সী নংগী অপান্বা অহু ফোংদোক-পীরা' হায়না হাযরকই। সর্সীনা খুম্লকই- 'তামো প্রকাস,—পুকচেল লেপ্তবা তামোগী মফমদা নচল তোল্লবীগী পুন্সি অসি কৎথোকচরবনি। গঙ্গাগীদগী হেম্না শেংলবা ঐগী থম্মোয়নি। তামোনা হুংশিবিরবদি নচল তোল্লবীবু তামোগী পুন্সিগী লমায় থুদিংদা য়াওবী লোয়নবী ওইবিয়ুকো, হুংশিবা।' প্রকাসনা চেজেৎ- চজেৎ কোনশিনবিরি। প্রকাসনা মপি তারহুনা 'সর্সী, --ঐগী থম্মোয়গী হুংশিজরবী সর্সী নং ঐঙোন্দা হায়মল্লে তোক্লো' হায়না হায়রকই। সর্সীনা মশাবী প্রকাসকী মমিত্তগী তারক্লিবা

পীরাংশিং অহু তৈথোকচখি ,তৌইগুন্নহুং পূকা .কী মপি৷ পিরাং-লক্তগী রোসসর্সীবু মুৎশি মুৎশি উখি।

---

# বিদায়

মপাগী ফিএট অহুদা মেমিচানা মবুংবু থিন্দোকপিরকলি। মপানা মেমিচাগা মাংগী সিটতা ফম্মিন্নরি। প্রকাসনা মমা সুমিতাগা মনিংথংবা সিটতা ফম্মিন্নবি। অসুম পূকাসনা মমা মপাগী খুয়াগী উফুল ম.কাক্তা হাপচহুনা "নেসনেল ডিফেন্স একাডেমী, খাদাকভাস্লা"দা এয়ার ফোর্সতা তমলুনবা ময়ুমদগী যাত্রা তৌরক্লি।

তুলিহল এরোড্রোম য়োরমদাইদা সর্সী দেবীনা মমান্নবী খরগা লোয়ননা গাড়ী মনাক্তা লেপতুনা ঙাইরমলি। পূকাসকী গাড়ী লাকপা উবদা সর্সী দেবীগী থম্মোয় অসি ওমচাক্লে। গাড়ীগী নাকচি অমদা মফি অহু শেমজিল-শাজিন্দুনা প্রকাসকী লাক্লিবা গাড়ী অহুদা হন্না হন্না য়েংজে। মেমিচাগা সর্সী দেবীগসু শক ফজনা থংনৈ। ইকাইনবদগী ঙসি ফাওবা মথোয় অনি কৌন-রকত্রি। অহুবু ঙসিদি সর্সী দেবীগী পুকচেল থংলবা মেমিচানা গাড়ী অহু খামলপ তৌরগা গাড়ীগী সাইডতা মথুং থিন্দোক্লগা

সর্সী দেবীদা বাই-বাই তৌজবি। সসী দেবী অমসুং মমান্নবীশিং অদুদু বাই-বাই তৌরক্লি। সর্সী দেবীনা প্রকাসতা অমুক য়েংলর্কলি। প্রকাসনা মখুৎ ওইনা রুমাল পাইরগা মখুৎ য়েৎনা গাড়ীগী মপান্দা থিন্দোকতুনা বাই-বাই তৌজরি। লিক-লিক লাওব্রা সর্সী দেবীগী মায়থেং অদু প্রকাসনা পেন্না য়েংজরি। প্রকাসকী মমা মপাসু মচাংপী মেমিচগী মমান্নবী ওইরবোই নিংদুনা মখুৎ থাঙ্কৎলি। খংদ্রবগী হৌনবা, প্রকাসতা নত্তনা মমা মপাসু সর্সী দেবীদা প্রকাসকীদমক্তা বিদাই লৌদুনা হেন্দোরক্লে। প্রকাসকী মমা সুস্মিতনা সর্সী দেবীগী মথক ফজবা অদুদা হন্না হন্না য়েংলগা অা তামহৌরে।

প্রকাসনা এবোড্রোম য়ৌরবা মচল তুপীদা পুকমেল পাওমেঞ্জে অদুগা মমা মপাদগী বিদায় লৌবগা প্লেন্দা কাখৎখরে। প্লেন অদুনা কন্না ডংলগা নৈবাক্তা অমুক অনিরক চেল্লমলগা পাইখৎখবে। প্লেন অদুনা চিংযাদা তপ্না ২ প্যাইখিদুনা চৎখিবা অদু মমা মপানা পেন্না য়েংজহৌই।

— — — —

# টাসকেন্তদা মচু ওগী ফিরাল

প্রকাসনা ট্রেনিং চৎখিবা মন্নুং অসিদা মমা সুমিতানা কপ-তুনতা লৈখরবীনি। সুমিতাস্থ ময়েং য়াম্না তারে। প্রকাসকী পুকচেল চাউরবা মপানা মমা-মচাবু রারক-রাতেমতুনা লৈরক্লি। প্রকাসনা মরক-মরক্তা থারকপা চিঠিশিং অদু মখেয়না পারগা মতম লেঞ্জরি। সুমিতানা থম্মোয শোক্লা কপ্লবদা কুবের সিংহনা কন্না থেমজরি। মেমিচাসু কলেজ কাজখরে। কুবের সিংহ-না পৈশা য়াম্না পুথোক্লুনা সুমিতাবু থেম্বদা "নংগী পৈশানা করি কান্নগদগে? অয়ুক-নুংথিল অমদি নুমিদাংগী নুমিৎ-থাগুম য়েংজরিবা ইচানিপা। অদুতবু ঐনা পামজবনি, নংগী পৈশা অদুদি ঐদি পামজদে" হায়-দুনা মথম্মেয় অদু পেগ্রাক ২ চাক্লুনা কপ্পদা কুবের সিংহস্থ উপায লৈত্রদুনা সুমিতাগী মনাক্তা ফমদুনা কপমিন্নরি।

মচন নুপী মেমিচানা কলেজ কম্পাউণ্ডদা থোরকপদা মমান্নবী খর ইন্নজরক্লি। মমান্নবীশিং অদুনা "মেমিচা নথোয় তামো থো-রকখিরোইদ্রা" হায়না হংলক্লি। মেমিচানা "থোরকখিরোই হায়না চিঠি থারকই" হায়না তমংনা ঙরাংতা চিঙ্খৎখিবা ফিরাল অদুবু য়েংজরি। অমুম তৌনা মেমিচানা মবুংগী নুংঙাইবগী পাও তাক্লা তমদুনা ময়াম অদু হরাও হরাও তাজরি!

অসোমদগি প্রকাস অসি অরাবগী মশক্লি। ফমথোন কারবা মতুং অসিদদি প্রকাসনা করিদা শোইথিগদগে হায়দুনা মথরাই য়াম্না রাক্তে। থবক্তা ইচং থৌবগীদমক্তা মথকথোংবশিংনা মশক ফজনা থংই। প্রকাসনস্থ "শিরে অদুমণ্ডাইরে, হিংলে অদু-মণ্ডাইরে, নিপামচা ওইনা পোক্লগা মীগী মখা থানা লৈগদবগী শরুক্তি শিথিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ" থল্লদুনা থবক খুদিংমক মায় পাক্লা তৌরক্লি।

নোংমা মখোয় ক্রিউ নিপাসথক বোম্বর প্লেন্দা বোম থন্না থন্না হাপতুনা হিমালয় চীংগী লডাক তান্না পাইশিনবা তাখি। অসি-গুম্বা লান চংবা অসি প্রবাসকী পুন্সিদা মসিনা অহানবনি। য়েংবদা অঙকপগী মশক্লি। অসোমদনা প্রকাসকী মরুপ য়োশন-নচিংবা কয়ানা ভারতকী সমুদ্র অকোয়বদা লানগী জহাজশিংনা লানগীদমক শেম-শাহনা লৈরি। অদুগা ভারতকী অরাংথংবা শরুক লডাক্তনা য়েক্নবশিংনা খুমাং চাওশল্লক্লি। লডাকী অতিয়া অসি বোম অমসুং তোপকী মৈথুনা পুম্মম-মমলি। ভারতকী টেঙ্ক কয়ানা লডাকী অকোয়বা লমশিংদা য়েক্নববু ঙাকথোক্লি। উপাই লৈ-শিল্লকত্রবা লডাক মচাশিংনা করি তৌগদগে থংদবনা মমা-মচা মফম মরাং থংনদনা যেক্নবশিংগী নোংমৈ টারগেট ওইদুনা শিরি— ওস্থোকপ্নিদা !! অসি উর-থল্লদুনা প্রকাসনা বোম থন্না য়াওরবা বোম্বর প্লেন অদু ভারতকী শেংলবা, লৈচিল থাংজ্রবা অতিয়াদা ঙংন-ঙংন অহুম-মরিরক পাইরমলগা, মমালৈবাকীদমক মথরাই থারগে হায়দুনা লডাকী চীংমায়রোমদা পাইশিনথরে। হে ঈশ্বর,

করি থোকলগবা······ ···· !!

প্রকাসনা চাওরবা প্লেন অদু হিমালায় চাংগী লিক্লাইমুক ঙোরবা চীংমায় অতুদা মুংশি ২ রাংনা পাইশিনখ'র। প্রকাসনা রাংলবা মথক্তগী য়েক্লবশিংবু কোইথি থিদনা য়েংথরকখি। হিমা- লয় চীংগী চীংচেপ্ অমদা শা:না লৈবা য়েক্লবগী কেম্প ১গী মথক্তা বোমশিং অহ হৈথহনা উজার মেলা শাহনখি। প্রকাসতি ম'য় পাকতুনা পাইথোরক্লে তৌইগুম্বসুং মমান্নবা বোহর প্লেন তরেং অদুদি য়েক্লবনা খিকথখিহনা হিমালয় চীংগী মৈথুলক্তা তিহ্লোরে। অসুম তৌনা মতম কুইনা শোক্লরবা মতুংদা ভারতনা জয় ওইথি অতুগা লাডাক্কী অনৌবা লামায়দা - ভারত ইমাগী মিংবু তমুবা ময়েক্লা ইবা হৌখি।

অসুম তৌনা কুমওন কয়া হৌখরবা মতুংদসু 'আগষ্ট ১৫' অসি চহী খুদিংগী অমুক ২ য়ৌরক্লি। মরৈবাক্কীদমক—"জয় জয়ান, জয় কিষান" হায়না ভারত শিনবা থুংনা লাওরম্বা, ভারত লৈমগী য়েংকী প্যাম্বোম ওইজরম্বা—ভারত ইমাগী খোম্লাংতনা চাও- জরক্লবা, লাল বাহাদুর শাস্ত্রিনা মমা লৈবাক্কীদমক মমা লৈবাকপূ থাদোকতুনা, মকোক্তা মমা লৈবাক্কী উফুল হাপ্লগা টাস্কেন্টদা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা—হে অথৌবা, নহাকপু নমা লৈ- বাক্তা গঙ্গা-যমুনা অমসুং ব্রহ্মপুত্রনা ঈচেল ফাংনা-ফাংনা চেল- হৌই হায়বসি নহাক কাওরবরা? ঙসিদি 'আগষ্ট ১৫' য়ৌরকপা অসিদা—লাক্লো ভারত ইমাগী মচাশিং, খুৎশয়না চৎলগা মীরৈ- বাক্তা লৈথরবা শাস্ত্রীজীগী নিংশিং ফুরাদা ইমা লৈবাক্কী "মচু

অঁহুমগী ফিরাল" অসি মনিং তম্না পাইহল্লুসি। মীগী লমগী অশেংবা অতিয়াদা, মীগী লমগী লিরি লিরি শিংপা মুংশিংনা ফ র ফ-র পাইজসন্থু ইমা লৈবাক্কী ফিরালসে।

---

# হায়দোকপগী চিঠি

অস্পম তৌনা ভারত মাতানা মাগী মচাশিংবু কোনশিনবিরঙনা মুংঙাইনা অমুক পাগ্গরে। ভারত লৈমগী অকন-অপৌ কয়াস্থ চহি কয়া ইংনা অমুক লৈজরে। প্রকাসস্থু অরা-অনা লৈতনা মতম লেল্লি।

মমা মপাশিংনা উখিদবা কুইথরবা মচাশিংদা চিঠি থানরক্লি। "ইমাগী ইবুংঙো প্রকাস – নমা নপা ওইবা ঐথোয়না উনজ্জনিংবনা ওস্থোক্লা থৌরাংলে অহুগা নহাক্কী নচল মুপী মেমিচাস্থু এম, এ. পরিক্কাদা মায়-পাকচরে অহুনা য়ারবদি ইবুংঙোবু ওস্থোক্লা য়ুমদা থোরকহন্নিংলে। মসি পুন্নমক অসি ইবুংঙো রোশন্দস্থু চিঠি অমা থাবিথো। নথোয় অনি পুন্না থোকমিন্নরক্তুনা নমা নপা ওইবা ঐথোয়বু অমুক্তং পেলহনবিয়ুকো—প্রকাস।"

অসিগুম্বা চিঠিগী মরোলশিং অসি পায়রগা প্রকাসনা ময়ুমদা চংনিংবগী ঈথিল্লা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। অদুগা সর্মী

দেবীনা পীরকপা চিঠিগী মরোল অমুক নিংশিংলক্লি। "ঐগী থরাইগী পাম্মুথোইরবা তামো প্রকাস"—নগুংলাংগীদমক নচল ঐনা অহিং-মুংথিল থাক্তনা অমুক য়ানা লেপ্পক্লিবা অসি মুমিৎ-থা ১স্থং চহি কয়া কয়া মশীং থংজিল্লক্করে। তামোবু অমুক উররোইদরা হায়না খল্লুবদা নচল লাইবক থীবিদি থম্মোয় অসি চীথায়গদোরে অদুগা তামোনা হেক চৎথিবদগী লাইরিক-লাইগুদা কন্না হোৎনদুনা এম, এ, পরিক্ষাদা মকোক ওইজরে। পরিক্ষা হায়দোকপগী খরের অপুন্না নচলগী মিং "সর্সী দেবী" হায়বা অসিনা মায়কৈ শিনবা থু·· খরে ···· য়ারবদি তামো প্রকাসনা অমুক্তং থোকপীবক্তুনা উন্ন-বিরবদি ওন্থোরগী মুংঙাইজথরগনি·· ·· নহাক্কী য়াইফনবা থঞ্জরিবী 'রোসসর্সী দেবী' অসিনচিংবা য়াহৈ কয়া মথং মথং প্রকাসনা নিংশিংলকলি।

অসিগুম্মবা ইমুংগী অমদি সর্সী দেবীগী মুংঙাইবগী পাওশিং অসি তারগা থাংবা ওমদ্রবা প্রকাসনা য়ুমদা চৎনবগীদমক তারিখ অমা লেপচরে। অদুবু লাইবক থীবদি ভারত মাতাবু ওয়ং তৌ-রগা—পেনগে খল্লিবা ভমধীরবা জীলশিংনা ভারতকী অকোয়বা মফম কয়া কয়াদা লান অমুক হৌরক্লে। উপায় লৈতক্রবা প্রকাসনা মাবু হেক পোকপদগী অকবা নাওগুমদা চাওহন্দুনা মী ওইহল্লক্লিবা মমা-মপাবু মরেবাক মজাতিনা হেল্লি খল্লদুনা অমুম হায়না চিঠি থাখি—"হেক পোকইদগী নচাগীদমক অরা মৈশা থাংলক্লবী ইমা অমস্থং পাবগী মফমদা নচা প্রকাসনা য়াহৈ অমা অনিদং ফোংদোকচথিবা—নচাগী ঈয়াল ঙাকপিদুনা ভোল্লবা নচাবু

ইমাগী নথাদা কোনশিনবিয়ুকো··· । নূংশিরবী পলেম অপোকপী •চাবু ইমা পাবনা ওনথোক্লা উনিংলম্লনি অহৃবু হন্দক মরক অসি নচাগী থবক থর চিনখিগদৌরি। মতম থরদংদি ইমা প্যাবগী মকমদগী এরাপ্পা মফম অসিদা ইথৌ পাংথোকচরমখিগে, মাথং পিনবিয়ুকো— নচাগী মাইক মঙ্গল নিজরি—নখোয়গী নুংশিথোই-রবা নচা "প্রকাস।" অনি হায়না ইরগ। মমান্নবশিংবু নিংশিং-লকখি অহৃগা সর্মী দেবীদম্ন চিঠি ১ অমুম হায়না ইরি—"ভূরেল-গুম ঈচেল লেপতবী, চীংগুম পূকচেল তপ্পবী, য়েংবগী পেনবা নাইদবী তাংথক নাইদবা থাজগুম অমদি থয়োগুম থম্মোয় ইংলবী থম্বালগুম লৈশক ফজবী, গুলাপকুম তঙাং তঙাংলবী, চীনিচম্প্রা-গুম লৈনম চেল্লবী; উপাল অমসুং লৈপাক্লেগুম থাংহৈরবী অহৃগা চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে অমদি পাত্তা ওংবী লৈরাং কোম্বীরৈগুম পুলেম-পম্পোগী চেকপল মতুংদা নুংশি চিল্লোক্লখিবা ঐগী নুংশিজ-রবী সর্মী দেবী—নহাক্কী নুংশি ঈরিনা শুমহৎলবা নবুং লাই-বক থীরবা প্রকাসতি অশাবা মৈনা ইংলে, অইংবা ঈশিংনা শারে। নহাক্কী তাম্মাগুম ইংলবা খোঙ্গেল তাজরগা লিক্লানা তেক-থৎলবা উনাগুম তেকথৎলবা নবুং প্রকাসনা করি হায়না হায়-সিগে? ইমা লৈবাকপু য়েক্লবশিংনা মচেৎ ২ লোশিনখিহৃনা লান হোৌবা হৌরক্লে। নবুং প্রকাসনা য়েক্লবশিংবু থরাই থুবাক্তা হাগুনা লাম্থেংনবা তারি। করিগুম্বা নবুংনা জয় তৌহনা হিংবা থোক্লবদি "ইচলগী মতম চংনা লেংজবা, কনা থংহন্দনা থমজবা 'নুংশি-কুণ্ডো' পরেং অহৃ নুংশি ঙকশমদা হুকমিন্নসিকো লৈপুল

ওইহ্নুনা।" অদুগা করিগুম্বা লান্দা মায়থীবা ফংপ্রনা অমংয়াই-থোং কুমথরবা থোক্লবদি থরাইগী চেক্লানা পাম্মুবীবু—"থাদোই" "থাদোই" হায়না কৌজরমগেকো—মতম অদুদা 'নবুং লাইবক থীথরবগী থরাইগী চেক্লানি থনবিরহ্নুনা তরাম ২ তৌবিয়ুকো অদুগা লান্দা মথরাই কংথোক্তুনা শিজথরবা সিমেত্রিগী থোজালদা ইমা লৈবাক্কী ফিরাল চৌংখৎপিংনা থরাইগী চেক্লা প্রকাসপু কাইদোং-ফম পীনবিহ্নুনা সিমেত্রিগী মনুংদা লৈরিবা শুংদা য়েকপা ময়েক-শিংমা হরাও মীনোক নোকচসহ্।" অসি হায়না চিঠী কয়া ইজ-হ্নুনা য়ুমদা লৈহৌরবা মমা মপাশিং অমসুং মহাক্কী সর্গী দেবীদা মথং মথং থাজ্জখি।

----

# কিরন সিংহবু কনবিবা

মণিপুরগী পুকচেল চাওরবা অফিসারশিংগী মনুংদা এগ্রি-কলচরগী অফিসার ওইরিবা চান্দ সিংহ অসিসু মমিং য়াম্না চংশি। মহাক্কা লরাই-থরায়গী মফম কয়াদা কোইচৎ-চৎতুনা লৌমীশিংবু মনা মথুম পীরহ্নুনা চাথোক কয়া কয়া হেনগৎহল্লি। অদুবু থনবা হোৌগৎলকপগী শুংঙাইরবা য়াথলগী ফুরা-দলালশিং অদু মচেৎ মচেৎ কিম্বরকতুনা সমুদ্র মনুংদা ভাহনা লৈবা মণিগুম চান্দ সিংহগী

লৈকাং চারবা রাংনশিং অদোনা মংকোক অদু পুবা ভমশিল্লক্তরে।

নশিদাংনাইরমগী ভাঙ্ত্রানরবা তুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা নোং পুবা মৈচিলবু নোংজাবী ওইহল্লি। লিরি-লিরি শিৎপা নামিবনা রাংবা মাররবা যৌনাশিংবু রেংলে চৎহল্লি। পেনবা নাইদ্রবা কনাগী থ স্মারনা পেন্না ২ য়েংজরি। মতমসিদা অফিসার চান্দ সিংহগী মচানিপা অদুগা সর্মী দেবীগীনা মবুং কিরন সিংহনা মশাগী লৈজবা কুইদ্রবা অহনবা তীপ তহু থৌরহুনা নোংচুপ পান্না হায়-থরক্লি। ফৌনাগী জাগ র য়েংল-য়েংলদুনা নোকমি ২ তৌজরি।

মহাক্না অস্তুম লাকপদা যমুনা দেবীবু হাংথিবা জগৎসিং অসি মমান্নবা তশিংদ লোয়ননা সড়ক্তা ভাওহুনা লৈরমই। জগৎসিং অসি যমুনা নন হাংহুবগী চহি কয়া জেলদা মিয়াদ তা-রুবদগী থাদোরকপা কুহব্রি। মহাক্না ময়ুমদা শুকচং চংদনা ওক্তবা মমান্নবশিংগা অচিকপা য়েংবনা তুপী অভাংশিংদগী পৈশা মুল্লগা প্রজাদা ওৎলি। অস্তুক চাংরবা লম্বী অসি জগৎসিং লৈরমগনি হায়না কিনরদুনা মীপুম খুদিংমক মপান থোক্লদ্রবনি।

অস্তুম তৌনা কিরন সিংহনা গাড়ী থোরগা লাকপা উবদা জগৎসিংনা গাড়ী থাম্বা উই। কিরন সিংহদি জগৎ কনানো হায়বা খংদে অদুগা মফম সিবাইদা মথি ফাংই হায়বদুসু খংজদে। গাড়ী থাম্বা উবদা গাড়ী তোঙ্গে হায়রিবোই নিংলহুনা কিরন সিংহনা তপ্না তপ্না থৌজিল্লি। মীশিং অদুনা যত্তবা খল্লম্বগী হোনবা কিরন সিংহ অসি চেনথরগদবোই নিংদুনা মপুক মপুক্তগী থাং শৎনরকই। মহু উবদা কিরন সিংহ পাথংথরে অদুগা মহাক্না খংহোদনা গাড়ী

অহ্ কন্না ২ ঙংলগা চেনগদবগী হোংনজরি। জগৎ সিংনা চেকতুম থুন্নগা গাড়ীগী মমাং মিংশেল অদু শিংনা শানা থুগাইরে। কিরন সিংহগী মপা অপুম্বা মিংশেলনা য়াৎথাইরব্না মথুং মশা অমস্থুং মমাই মমিৎ পুম্বা ইহং-নাইহং শানা শোক্লে। অহ্ ফাওবা কিরন সিংহনা চেনগদবগী কন্না হোংনজহনা গাড়ী অ কন্না ঙংলগা লৈরি। জগৎ সিংহনা থাং পায়রগা হোংচিল্লকপা উবদা কিরন অশাওবনা লুতোন কাথরে। মহাক্না থাং পায়রগা হোংচিল্লক্লিবা জগৎ সিংবু গাড়ী গৌক্লিন্দুনা তকথাইরে। মহু উবদা জগৎকী মমান্নবা অনি অহ্ মনম উংবমথৈ চেংথরে। কিরন সিংহনা তৌহৈ তৌহৈদে খংদনা চোল্লিবা নিপা অমা অহুবু কোইতাল তান্নরহনা লোইনবা গাড়ীনা তকথাইহনা হাত্তোক্লে। কিরন সিংহ পুলিসকী চেক কিবদগী গাড়ী হুন্দোক্লমহনা চেনখরে। পুলিসনা ইংক্কারী তৌবদা গাড়ী নম্বরদগী কিরন সিংহগী গাড়ীনি হায়বা খংলদুনা কিরন সিংহবু থিবা হৌখি। অসুম তৌনা কিরন সিংহগী মপা চান্দ সিংহনা হুমিৎ ১০ নিগী মতুংদা মচানিপা পুখোকপা ঙম-দ্রবদি কম তাবতা নত্তনা মচানিপাগী মতুং জেলদা লৈবা তাখি।

অসুম তৌনা মরৈবাক্কী অরা-অনা কুপ্না থিজিন্দুনা লৈ-রিবা মণিপুরগী অকাওবা উকিল কুমার বাবুনা মহাক্কী খোইদগী লুংশিজরবা মরূপ কিরন সিংহবু হুমিৎ মাপল্লনিগুম্বদা থিবা ফংথ অদুগা ক্রিমিনেল কোর্টতা কেশ অহ্ লেপ্পবা তখি।

অফিসার চান্দ সিংহস্তু হুমিৎ ১০ নি শুবদা কোর্টতা থুংলরে অদুগা উকিলগী ফিজেত্তা শেৎলবা কুমার বাবুনা কিরন সিংহগা

লোয়নরহ্না কেশ হৌখরে। কুমার বাবুনা কেশ অদুদা অসুম হায়না হায়রকই—"Your honour" মরূপ কিরন সিংহগী মরাল করিমতা লৈতে। জগৎ হায়বা নিপা অসি যমুনা কোবী লৈশাবী অংথকপু লাই-থুরুম্বা চংমিন্নরগা লাইফম য়োবদা হাওোকপীথি। মতুগী দণ্ডনা জগৎসিং অসি চহি কয়া জেন্দা মিয়াদ তারক্লগা থাদোকখিবা বুইস্ত্রিংনি। অদু বু ইকুই কুইদনা খুলগী নোংচুপ থংবা অসুক চাওথরবা লম্বী অসি জগৎ সিংহনা মথি ফোংবদগী প্রজা পূন্নমক অরাবদা তাঃ রক্লবনি। অসিগী সু মথক্তা জগৎ সিংনা মমান-নবা অনিথক্কা লোয়নরদুনা মরাল লৈত্রবা কিরন সিংবু পৈশা মুনগে থল্লম্বদগী কিরন সিংহবু হাংদগী ফিভম তারকথি। (উকিল কুমার বাবুনা অতেকপা গাড়ী অংদা খুদোম্বী থিল্লগা ১সুং কিরনগী অশোকপশিংদু উৎলগা) মতুদা কিরন সিংহনা শা-ঙাশিং অসি গাড়ীনা তকথাইদুনা হাওোকপনি। "Your honour" জগৎসিং হাংখিনা অসি খুজিলদগী তুম শংখিবগুম হরাওনরবা প্রজাশিংনা নোংচুপ থংবা লম্বী অসি বাজার কুম্বগা কাবগনা চিক্ল-চাইনা ঙম-দনা চৎলিবা অসিবু "Your honour" অরাবনি নত্রগা হুংঙাইবনি হায়গত্রা? "Your honour" মসি পুন্নমক্কী মথক্তা জগৎসিং অসে—হমা লৈবাক্কী অফিসার কয়ানা লেমজনিংঙাই ওইরিবা লাম্মী কয়ানা মথরাই কংথক্কে থঙরিবা লৌমী প্রজা কয়ানা যোমোন ২ নোকচরিবা অহংগা থুপী অঙাং অমসুং ছাত্র-ছাত্রী কয়ানা হরাওজ-রিবা অমদি "Your honour" মমসু ইকাই-থুন্ননিংঙাই ওইরিবা "মচু অহুমগী ফিরালবু" কলেজদগী চিংথরগা ফুরিৎ তুনথোক্কুনা

শিন্তোকপা হুম্বা ফত্রবা শানি—'Your honour" পুন্নমক অসিবু কনবীরিবা পুকচেল চাওরবা কিরন সিংহবু ফাবগী মহুত্তা থাই-দগী চাওয়ে হানরিব' লৈবাক্কী মনা মত্থ পীরনা চুমই। "Your honour' মখম পুন্নমক অসিদগী, ৩০২ (আই, পি, সি) ক্রিমিনেল কেসতা প্যাল্লিবা কিরন সিংহবু ইকাই থুন্নবা উৎতুনা থাদোকপিয়ু। অদুগা লৌমী প্রজাশিংগী মপামপু ওইজ'রবা অফিসার চান্দ সিংহবু ফম তাবগী মহুত্তা—লৌমী শিন্মী শিংগী অরাবা কোক্লবা মিংথোল পীদনা ঐথোয়বু শনমান তৌহনবীয়।

রাশিং অসি তারবা জর্জ্জনা পুমপেল পেল্লহুনা কিরন সিংহগী কেশ অদু ককথৎপিখি অতুদসু নত্তনা লৈবাক্কী মনাগী মথক্তা জর্জ্জ মশামককী ওইনা লুপা ১০০০ কিরন সিংহদা মনা পিখি অদুগা মপা অফিসার চান্দ সিংহবু লৌমী শিন্মীশিংগী মতেং পাং-বগীদমক অচৌবা মিংথোল পিরগনা ময়াম্না শনমান তৌনখি।

———

# সোনার বাঙ্গলা

(জয় ভারত—জয় বাঙ্গলা)

বাঙ্গলা দেশ মচাশিংনা মরৈবাকপু কন্নবগীদমক য়েক্লবশিংগী মায়য়োক্তা কন্না লাম্থেংনরি। অসিগুমলবা লান অসিদা ভারতকী জরানশিংনা বাঙ্গলা দেশপু কন্নবা শেম শারি। মরাইবক

থীরবা জহান কয়া কয়া, প্লেন অমসুং জহাজ কয়া কয়া ফাপথলুপ্পগনখি। মরাগ নৈজত্রবা বাঙ্গলা দেশকী লুপী অঙাং,যগ,ব্রাহ্মণ কয়া কয়া হাত্তোকপিখি। স্কুল, কলেজ অমসুং বিল্ডিং কয়া কয়া থুগানবীখ। মমা মচা মফম থ দ্রবা বাঙ্গলা মচাশিংনা ভারততা লাংল্লকখি। কয়া অমনা ভারত গৌদ্রমদনা লমথাংদা হাত্তোকপীখি। হুমদাংরাইরম য়োরকপদা হল্লা হল্লা খোংজবা শা-যগ কয়া কয়া লংজা অমসুং ক্লাকী ১চিঙ্গাক ওইহনবিখি। মতমসিদা প্রকাসনা জেট ত্রেনিং নিং. হাকিমপেটতা পাইলোটশিংবু লান চংবগী মওং অমপি নিয়ম কয়া তাকপি তম্বীরি।

পুঞ্চ তম্নবা পাকিস্তান কন্নীনা ক তুহাদা মখোয়গী শক্তি পৈথংলক্লে। মায়থীবা লৈত্রবা *T–34* টেঙ্ক, বোম, তোপ অমসুং মথল কয়াগী নোংমনচিংবা হুৎল ইগ। লোয়ননা পুঞ্চ লাকশিন্নবা পাকিস্টান লাল্মী মপৈ মপৈ তোৎচিল্লক্লে। স্কাড্রেন লিদর প্রকাসনা লুচিংলবা সাদর বাহ্বর প্লেন ১২ বোম থগ্না ২ হাপচিন্দুনা তয়ারি তৌথরে। মহৈ ২ ফম্ফমদা কথংনজুনা মখাংদা মরি চেংনা ফাজন্নরে; পাইলেট অমা ওইবগী চপচাবা শেৎচিন-উপ্পশন্নথরে। প্লেন ১২ অমুগী পাইথংলমদাইগী মখোয়া মালেমথক অসি থক থক নিক্লে। অঙকপা মখোলগা লোয়ননা প্লেনশিং অমুনা ১গী মথংদা অমা, মরী ২ পাইথংলক্লে। প্লেনগী খোঞ্জেল্লক্তা ভারতকী জরানশিংনা জয়-ধ্বনি লাউরি। পুংদা মাইল লিশিং অমা চামঙা পাইরবা প্লেনশিং অমনা রাংলবা চিংশাং মত্তোন্দা পিশক পিশক পিক্লা লিংখৎথরি।

শাইরেন্না থংহৌদনা য়াক্লবা খোঞ্জেলনা ঙংনা খেংগংলক-পদা পাকিস্টনলাম্মী শঙ্গু ২ খুংলাইগা লোয়ননা মফম চাবা দিত্তুনা মায়কৈ শল্লাই থংদনা চেন্নরে। এন্টি এয়ারক্রাফ মিশাইল, বোম, তোপ বযা মফম চাবদা খিন্দুনা অথুবা মওংদা শেম-শ থরে। মফম থংদনা লাংলম্বদগী রাদরদা ফাবা প্লেনগী মখোল নত্তনা মিকুপ থরদি পুমচিক চিকথরে। থুক্কংলবা মিংয়েংগা তুংলাম্বর ০ বং ২ হোন্নরত্তুনা প্লেল য়োরকপা ঙাইনরি।

রাদরনা প্লেনগী মায়কৈ অমম্বং অরাপ্পা তাল্লক্লে। থংহৌদনা বোম; তোপ কাপথংলক্লে! পিশক ২ পিন্না নাংদোল খেংলবা চীংদে ন্দগী শং শং লিংথক্কুনা প্লেন ১২ না অভিয়া শিন্না শন-দোকথরে। বোম তোপবী খাঞ্জেলগা প্লেন ১২ গী খোঞ্জেলগা থেংগাইনত্তুনা শারারেনা মালেমথক্তা কিন্থরকপগুম নিল্লে। এন্টি এয়ারক্রাফ মিশ ইল, বোম-তোপকী চিন্দোলক্তা প্লেনশিং ০ত্তুনা থরো ধরো ওন্দুনা মায়কৈ থংদনা হঙ্গং হন্দা পাইত্তুনা লংত্রিক ২ লংলবা বোমগী মপৈ ২ হৈথরি। মালেমথক অসি, উফুল, মৈথু অমম্বুং মৈগী মপৈনা পুংকুপ কুপথরে। চীংভাংগী মশক ওইরবা মৈবুল মৈবুলনা ফুং ফুং মরে ২ তাথংলহনা কাথংলক্লি। পাম্বী কয়া মরু ফুক্কুনা উফুলগা লোয়ননা পাইথংলক্লি। প্লেন ১২ না কোয়না ২ হঙ্গং হন্দা পাইত্তুনা নোং-চুবগুম হৈথরকপা বোমতগী অরংবা মশেন্না মালেমগা অতিয়াগা শন্নথরে। পাকিস্টান পুম্বা মপৈ মপৈত্তুক্লে অমুক প্লেন ১২না চঙ্গ-মঙ্গ জঙ্গল তম্মা পাইশিনথে। জঙ্গল অংগা লোয়ননা পাকিস্টান লাম্মা অমম্বুং লোংত্তুনা থম্বা খুংলাই

কয়া তুম্না মৈ থাদোক্লমলে।

হনবা লৈত্রবা, মশাগী তরোইবা ঈ মরিক ফাওবা কথোরিং-লবা, মশা মশ বু উংকুয়া তুমদ্রিফাও পেন্দ্রবা পাইলোটশিং অদুনা পাকিস্টানে লৈমায় তম্লক্তুনা অঙকপা খুংলাই অমসুং লানমীতনা মপৈ ওইনা ঙাকথরবা চান্দেরী, সেরকে ৎ অমসুং সারগোধ এরো-ড্রোম মথক্তা পাইকরে। প্লেন তাকম ৩হুসু তুম্না থুগ য়রে।

অসুম তোনা দ্বিগবিজয় ওইরবা মায়থিবা লৈত্রবা প্লেনশিং অদুনা মরৈবাকী মিংচং পুদুনা হল্লক্লে। অংবু অরাবদি প্লেনশিং অনৌ মরী ২ থুংলবদদি প্রকাসবী প্লেন অদুদি য়াওরমদ্রে। লুচিংবা অসিগী প্লেন্না শিংহরবা লৈতনা হুমজিং পিবদগী অঙক-পা মায় পাকপা অসি পুরকখি। শঙ্গুলক্তগী চিথহৌরবা চেক্লা-গুম প্রকাসকী প্লেন মৈনা পুময়োম য়োমদুনা লৈমায়থক্তা হাই-থরকখি। ঈরাক্লরবা মীনা ঈশিংদগী অমুক ফাউগৎ-অমুক লুপ তৌবগুম মৈনা য়োম্লবা প্লেন অদুনা প্রকাসপু পুদুনা চীংমায় তম্না ফুজিল্লকখি। চীংমায অদু প্লেন অদুদগী থোরকপা মৈতনা পুমথাং ঙাংনা চাকখি। চিক্লবা মফম অসিদা প্রকাস মশাবু মশা মথক্তুনা পোংলোইজখি।

অসুম্না হুমিং ১৩ চুপ্পা লান অসি চথরক্লি। অদুবু নোং-পোকলোমগী লান্দি লোইশল্লে হায়বা য়াই। মায়কৈ মরি কোয়না থংখরবা পাকিস্টান লমশ্মীনা নোংচুপলোমগী মতেং ঙাইজনেসু মতেং লাক্কদবা লন্বী পুম্না তুম্না মাঙখরবনি; মখা অমুক হায়ববু মথোইনা খুংলাইগা লোয়ননা মশা মশানা য়ানা

ভারত লাম্নীদা চংজরকপা অহুতবু ঙাইনরিবনি। ইকাই থুং-দ্রবা মীকীগি ওইরবা লাম্নীশিং অহুনা মীরক্তা খর লোং, প্রস্না মীচম খব শা তৌহনা লূদা চঙলবা তাংজ লিনগুম লৈফম চাফম থদনা মখোইগী ভরোইবা মতম ঙাইদুনা লৈরি।

"চিতাগোং হিথাংফমদা লানগী জহাজ — ফ্রিগেৎ স্কাড্রোন এয়ার ক্রফকেরিয়র, ক্রুইসর, দেস্ট্রয়র অমসুং ফ্লেগ-সিপ কয়ানা চৎথোক চৎশিন তৌহনা মাগী মাগী কাংবু শেম্লি থিরি। ফ্লেগসিপশিং অগী মথক্তা ফিঙৌ শেংলবা ঈশিং লাম্নীশিংনা অঙাংবা হঙ্গামপাল নচিংবা মচুগী ফিরাল থুং য়েং-ওইদা পাই-হনা চপ-চপ মান্নৰা ফিরাল শঙ্গু শঙ্গু হাইরি। কেপটেন রোশন্না জয় ওইরবা মাগী জহাজশিং অহু মোমান মোমোন তৌজহনা য়েলি"।

জহাজশিং অহুগী কুম্মৈ মুংঙাইনা য়েংহনা লৈরিঙৈদা কেপ্তেন রোশন ইথং থংহৌদনা শোং-পেক লউদনা লৈমায়থক্তা হাই-থখরে। মখোইগী লুচিংবনা হইথখরবদা ময়াম চেনশন্দুনা ওমশল্লুবদা থবাক্তাগী গুলিগী মখুল লৈরম্লে, মথাদা ঈ হাথরম্লে। চঙরুবা মতৌ অদু উবদা থুদক্কী ওইবা খোঞ্জেল অমনা জহাজ-শিং অমসুং লাম্নীশিং থুদক্তা শেম শাথরে অহুবু করিগুম্বা মওং কায়বা অমগুম্সু উবা ফংদে। ঙরুবা থৌদোক অহু কনা অমগুনা মরম পুথোকপা ঙমদ্রে। মমৈথংদদি অমেরিকাগী ৭গুবা থুজু-থুংলাই পুবা জহাজশিং (শেভেন ফ্লীট) বঙ্গোপ সাগর য়োঁরক্লম্লে হায়না পুথোকরক্লে। অহুবু ভারতকীদমক্তা পুন্সিগী

লেপ্লুনা লৈরবা রুশিয়াগী জহাজশিংনা মথোইবু মতুং ইন্নরক্লে হায়বা খংবদগী কিজরবা জহাজশিং অদু লোন্না ময়ুম প্লাংখি।

# পরম বীর চক্র

রোশন্না হেক ময়ুম থাদোকখিবা সুমিত্রাগী মাবু পোকপী মমা লৈমা দেবীদি চাফম থককম খংদনা লেল্লকপনা রা ঙাংবা ফাউবা থোকচিল্লকক্লে। মতৌ অসিদা মপা ইবোতোনস্মাস্থু জ্ঞানগী মৈরি অদু মুংশিল্লক্লে। চহি কয়াবু হোযনি মাইনিসু হায়দনা রোশন্না পুমলৈতা লৈংথোকাখবা অদুদা মমা মপানা য়াম্না নিঙমলক্লে। মচানা য়ুমদা লৈরিঙৈদা মথোয়না মচাদা করি তৌখিবনা মচানা রারোখিবনো হায়না ঙাইহাক্তা লৈতনা থম্নরি।

অমুম তৌরিঙৈ তাঙ্গা অসিদা প্রকাসকী ইমুংদা রা-রা লাউনা কপ্পরক্লে। করি তৌরবনো হায়না সুংশা থিজরদুনা ইবোতোনস্মা অমসুং লৈমা দেবীনা প্রপ-প্রপ চংশল্লুবা মতমদদি প্রকাসকী মচল মেমীচানা মশম মনা প্রোক-প্রোক কোয়রদুনা তামো প্রকাস! তামো রোশন!! হায়না কৌদুনা হৌনা-হৌনা কপ্লম্লে। প্রকাসকী মমা সুমিত্রাস্থু রাম্বর না মী থরনা লাই-কম্নরম্লি। মচাগী রাখস্তনা মকোক্তা পোক্লা ঙৌরবা কুপ্পেরনা

বক্সিদগী শেল ময়াম অদু পায়র-পায়রদনা হুন্দোরক্লি. অদুগা—“ইবুংঙো প্রকাস, রোশন নখোয় অনিমক য়ুমদগী থোকখরগা হল্লক্তনা মফম কৈদা অমুক চৎলবনোনে—” হায়রদুনা হৌনা হৌনা কপ্লক্লে। লৈমা দবীস্থ জ্ঞান মাঙলদুনা গুমাংগী উফুল মথক্তা ওল্লদুনা “হা ! ইবুংঙো রোশন !! প্রকাস !! নমা নপা ঐথে য়গী কুম্মৈ অসি অমুক্তদি য়েংলখো লাওবা !! নমা নপা ওইবা ঐখোয়বু করম হায়না হিংউ হায়বগে, অমুক্তা তাকলোগবা·· ··· হায়রদুনা রাম্থখরে।

ভৌরিবা মতৌ অদু উবদা মীপুম খুদিংমক গুমশিন্দুনা তিল্লরে। প্রকাস অমস্যুং রোশনগী মমা মপাশিং অদুগী কুম্মৈ য়েংলগা প্রজাশিং অদু রা-রা কপ্লরি। খবরমনা করিগীনো হায়না মখোয় মশেন হংনরি। রোশন অমস্যুং প্রকাস মখোয় অনি শিবগী টেলিগ্রাম লাকপগীনি·হায়নরকপম্ম য়াওরি। পাংশিং অসি তাবদা প্রকাস ১স্যুং রোশনগী মমান্নবা পুঃমক থুংলরে। মেমিচাগী মমান-নবীশিংনা রা-রা কপ্তুনা অয়েংবা মীপুম খুদিংমক হিক-হিক কপ-নরি। ইবোতোনম্মানা মচাগী মমান্নবশিং অদদা মচা অনিবু কদায়দা লৈহৌরবনো হায় না চক্লা চাক্লা অঙাওবগী মতৌগুম হংজরি—“হা ঈশ্বর, নহাক্কী লিলা অসি উজগদোগী শক্তি ব্রহ্মামক্লা পোকঙমত্রবা মীওইপোক্কী পুন্সি ফসিদা খোংদারক্তবনা হেন্না যথরেদা—তাইবঙ ফম্বাক ৎকসিদা তসিগুম্বা লিলা অসি উৎপীরগা ঈশ্বর নখোয়না পেল্লিব্রা নত্রগা যওবা লাইশিংগী খুজিল থৌরাংলা—” কপ্তুনা কেল্লগদবা পুন্সিনা নোল্লগা লেল্লে, নোক্লগা

লেল্লগদবা পুন্সিনা কপ্পুনা লেল্লে। ওস্থোকপনিদা হা—তাই-বণ্ডপাল !!

ঈশিং মহুংদা হুংদুম থাদবগুম রোশন্না যমুনা কাইন-মৈচাক্লা চৎখি অমসুং উনবা ফংজত্রবা মমা মপাগী ফোটোশিংদা পুজা তৌজহনা অরাপ্পা মফমদগী মথোয়দগী মঙ্গল নিজখি।

ইংনা-মেংনা থোকচরিবী শরৎ পুর্ণীমাগী থাজদা লৈচিলগী তমুবা লৈই লৈবগুম সর্সী দেবীগী ভোরবা মায়থোং অহু মুরবা চোইজায়নরবা শমলাংনা কুপশিনখরে। মিৎলু অনিদগী তারকপা পিরাংনা গঙ্গা যমুনাগুম ঈচেল ফাংলক্লি। পাক্লবা হুংশি প্রেমগী ঈয়ারদা ঈরাক্লজরম্বী সর্সী দেবীনা ?কাস মশুংলাংগীদমক রানা রানা লেপ্পরক্লগা উত্তা ঘী হৈবগুম মশাবীবু মফম মরাং থংদনা চিকমাং মাংখরে।

অহুবু হুমিৎ ১৪ নি থক্তগী লান্দা লোইশনবা ৎমলবা ; লৈবাক অমগী—পৃথিবীদা অথন্ননা মায পাকপগী মুংঙাইবগী ইথক-ঈরাংনা ভারতবর্ষ পুম্বগী থম্মোয়দা সমুদ্রগী ঈথক হৌবগুম ইহৌনরকলি। প্রকাস অমসুং রোশন মাংখিবদগী ইমুং অনি অসি অরাবদা ঈরাক্লরুহুনসু মমা লৈবাক্কীদমক মথোয়গী মচাশিংগী অহেনবা থৌদাং অহুগীদমক চাওথোক্লরি। অহুগীসু মথক্তা থৌনা ফবশিংগী মনা-মথুম, ইজ্জৎ-শন্মান অমসুং ইকাই খুম্নবা য়েম্থোকপদা প্রকাস অমসুং রোশন ভারতকী থৌনা ফবগী অহেনবা মনা “পরম বীর চক্র” মী মঃাগী মহুংদা মথোয় অনিসু থনখরে হায়বা তারবদা অমুক হেন্না শন্দোক্লখরে।

ফিরাল তম্মায় চিংথবদুনে', হুংশিরবা বজাই বেঙ্গুল খোংল-ভুনা লান্মী অমসুং মীচম প্রজান। অঙকপা ফংনা তিল্লবা হুমিং অ'সনা, অসিগুম্বা থৌনা যরবা নিপা অনিগী মমা অনিবু ভা-রতবর্ষগী অথন্নবা মমানি হায়না রাংলবা থাক্তা থাঙ্গত্তুনা ইকাই-খুম্নবা উৎপগা লোযননা মচা অনিগী থরাইগী মহুং শিল্লবা মনা অসি শিন্নখি।

---

# মপোক নুমিৎ পালন

## ( BIRTH DAY )

" তরং ২ হুন্দোরকপা হুমিংকী মশেক্লা য়ৈবদা নোংনা চামথোক্লবা মালেম লৈমনা ইশং ২ শংখি। তিংখৌ মতোনগী লিক্লাশিংনা মচু মচুগী অরংবা কাপথে'রক্লি। সিমেত্রিগী চেকপল অকোয়বা ময়াদা হৌজরিবী লৈরাংশিং অহুম্ ভুনিন ভুমিন লৈরি। তরু তরুরবা সিমেত্রিগী হুঙশিংনা পুকচেল তপ্পা খাংজরি অহুগা হুঙদা ইবা ময়েকশিংনা ইশেং-ইশেং শেং-গংলক্লি।

মেমিচা অমসুং রোসসর্মী দেবী মখোয় অনিনা লুচিংহনা প্রকাস অমসুং রোশনগী মপা মমাশিং অমসুং অঙাং অহুগা খুত্তা ফিরাল পায়রদুনা, লৈশুগা লোয়ননা সিমেত্রিগী গোজালদা

মরী মরী চ'লক্সি। অদুগা ম:খোয়না মরৈবাক মজাতিগীদমক মশাই কংখরবা লৈবাক নিংবা মচা'শিংগী মিংচৎ উরোং খিনয়িবা সুঙপাকশিং অদুদা লৈ খুজোক ২ থাদরম্লি। সুঙদা ইবা মায়েকশিং অদুনা মখুং তিংখোরক্তুনা লৈশিং অদু হরাউনা ওক'ল। অফংবা লৈ খর অদুনা পেঞ্জহৌরি। মখোয় ময়াম্ন সুঙপাকশিং অদুদা তোংবা কাং-হয়িংশিং অদু মখুং মখুত্তা পায়রিবা ফিরালশিং অদুনা লাপ্পা ২ হুমদোকপিরম্লি। মিৎলু ইপোম হৌরদুনা তারক্লিবা পিরাংশিংদু সুঙগী ময়েকশিং অদুনা উথরগা সুংঙাইখররোই খল্লদুনা মথন ২ শুং ২ তৈথোক্লরি। মখোইনা গেং য়ৌরবগা গেংতা ফিরালশিং অদু য়ুংলম্লি। প্রকাস অমসুং রোশনগী কাইদোংফমনি খঞ্জরদুনা গেংকী মতোন নাকল ওয়-য়েত্ত ফিরাল অনি থেংনুরি। ফিরাল থেংপা লে ইফাত্তবা প্রকাস অমসুং রোশনগী মথরায় চেক্লাশিংনা হরাউ হরাউ তোংজরি। মতু উরগা সুঙদা ইবা ময়েকশিংনা মোমোন ২ নোকচরি। মেমিচা অমসুং সর্সী তঙক ২ য়েংজরি। মখোইনা ঙাইহাক তেংথাজরম্লগা মখোয়না শেম শাগদৌরিবা বর্থ-ডেগীদমক গেংতগী মরী মরী থোকমিম্নথরে।

সুমিদাংরাই ওইশিল্লক্লবদা বার্ত্তন অমত্তা চিথদবা খুল্লক্কী মীশিংনা প্রকাসকী ময়ুমদা মরী ২ থুংলরে। রোসসর্সীসু ঙস্তা লাকচদুনা মেমিচাগা লোয়ননা ময়াম্বু তরাম ২ ওকলি মিৎলুগী পিরাংশিং অদু য়েংলগা অউবা মীশিংগী থম্মোইশিং অদু ইহৌনররক্লি। অসুম্না চাউনা শেম শারবা মফম অদু

মীনা পিদ থনখরে। মক্তম য়ৌরদুনা থৌরম পারেং চথরক্নি।

মামা নহুী মামা মকুন রোস অমসুং মেমিচানা মথুং নাম নাম পায়দুনা লুনা নঃ। শম্বী শেংপিরবা সুংশিথরবা অভাং অহুগা লেপ্মিনরি। মথংদা মপা কুবের অমসুং ইবোতোনম্মা; মমা সুমিত্রা অমসুং লৈম দেবী লেপ্লি। অহুগা ইবে ই লোইবদা মেমিচা, বেস অমসুং যমুনাগী মমন্নবীশিং, প্রকাস অমসুং রোশনগী মমান্নবাশিংগা মীয়াম অহগনা ই.বায কোযশিন্না লেপথি। ময়ায়মক অহুদা টেবল অমগী মথক্তা প্রকাস অমসুং রোশনগী ফোটো অমমম থিবি। ফোটো মনাক মনাক মশা মশাগী পানগরবা অংগা প্লেন মচা অমসুং জহাজ মচা অমমম থম্লি। নোকমি নোকমিরবা ফোটোশিং অহুদা লৈরাং পরেংগা লোয়নমা মথোইগী মথৌনাগী মহে--চত্রশিং অহু য়াম্থবিরে। ফোটো অনি অহুদা অনাকপশিগী মিঙয়েং ওইগি অহুগা অউব-শিংগী মিঢো ইরা চেল্লি।

প্রকাস অমসুং রোশনগী থরাই চেন্নাশিংনা কোযথি থিন রক্নুনা অংতয়দা উনখ। চেক্লা অনি অমিনা হরাউজরনা শংবানরবা চিংমান অচৌ-অচৌবা বিল্ডীং কয়াগী মথক্তা পাই-মিনা, পাংভুরেল কয়াদা বুয়দুনা তরং লাইজা থকমিন্না তৌরম্লগা লন্দা শিথরবা মগান্নবা কয়াগা থুংশন্নবা যমুনা দেবীনা লানখিবা বৈতরনি তুরেন্দা থুংলরে। শাত্রীজীনা মক্তম অহুদা ঙাইবিরমনা মরিবাক্কীদমক্তা মশা-মশাগী ঈথেং দান তৌরম্নবা মথোইবু থুংশন্দিদুনা পাক্লবা তুরেন অহুবু লাম্হোকপিরি।

থোনাফবগী মথন্তা থোনা ফবা হেন্নবা প্রকাস অমসুং রোশনবু উবদা শাস্ত্রীজীগী থর ইগী চক্লানা য়াম্না হরাউজখি। শাস্ত্রীজীনা মখোয় অনিবু খুৎ য়েং-ওইনা পায়রগা মখোইগী ইমুং মচুংনা শেমশাজরিবা পালন অতুদা লাক্লে।

মসি থংত্রবা মমা অনিনা তুমিন তুমিন লেপ্লি। প্রকাস অমসুং রোশন অনিগী মচুং শিন্নেলোরগদবা মুংশিরবা অঙাং অনিগী মঙ্গলগীদমক ময়াম অতুনা মানা ২ পুজরকপা লাল্লরি অতুগা পাগৎ রাহৈনা ফজ-ফজবা মওংদা হায়নরক্লি। অতুগা লাইবক ফরবা অঙাং অনিগী অফবা মাঙ্গল পিনরক্লবদা মপা মমা মমিচা রোসসসী অমসুং ময়াম পুম্নমক মমিত্তা ইরা চেন্নরক্লি। মক্লানগী মতৌ উবদা অঙাং অতুসু কপ্লি।

প্রকাসনা মেমিচা অমসুং রোসতগী অঙাং অচু লৌদুনা পাগ অঙাং অদুগী য়াইফ ঈশৈ শকপা হোরকই। প্রকাস অমসুং রোশন্না মখোইগী পোটাশিংদগী চক্র অনিদু লৌথোক্কুনা অঙাং অদুগী থবাক্কী য়েং-ওইদা থংচিনবিরে। ঈশৈ অদু রোশন্না অমুক খুল্লগা প্রকাসকী মথাংগী অঙাং অদু অমুক লৌই। ঈশৈ অদু তারবা মতুংদা শাস্ত্রীজীনা পেল্লদুনা অঙাং অদুগী মকোক্তা অফবা রাংতগা লোয়ন্না নাম্থবিরি।

ময়াম্না অঙাং অনিচুগী বর পীবীরবা মতুংদা রোশনগী মপা ইন্দ্রাতোনম্মানা নিপা মচা অতুবু পম্লগা ময়ামদা হায়জররি—
"নুংশি থোক্তরবা অঙাং অনিনা প্রকাস অমসুং রোশনগী মচুং শিন্দুনা ইমুং অনি অসিদা চাওজসহু অতুগা লৈথিত্রবা ইচাহুপা

প্রকাস অমসুং রোশনগী লমন খুমজনা য়েরুবশিংবু লাপ্পা তাম্বোক-থিসনু।" পন্নিবা অঙাং অহনা মমিত্তা মপি শিংদুনা কপল্লরবদা ময়াম খুদিংমক থম্মোয় ইহৌ থিংবা ঙম্নখিদ্রে। ইবোতোনম্বানা অঙাং অহুবু মপি তৈথোকপীরগা হায়রকই—"ঐখোয় হৌজিক করিগী অমুক কপলুগনি—ইচা প্রকাস অমসুং রোশন ফংজবা ঐখোয়গী পুন্সি মহৈ য়াল্লবনি—মখোয় অনিনা মিংচং উরো-খিল্লমদুনা ঐখোয়বু অঙালবা জ্ঞ নগী মৈরা চুথংপিরে—॥" অসুম্না নিপা মচা অদুগী মপোক ঙুমিং পালন অদু লোইশিনখি। (থৌরম লোইরদুনা প্রকাস অমসুং রোশন ময়ামদগী বিদায় লৌদুনা শাস্ত্রীজীনা পুথংখিখি)।

"চহি খুদিংগী ঙোরকপদা আগষ্ট ১৫; ভরত পুম্বগী নচা ঐখোয়না, ইমা লৈবাকী অচৌবা শম্মান উৎতুনা; লৈংাকনিংবা কয়াবু নীংশিংদুনা চীথংচরি ইমা লৈবাকী মচু অহুমগী ফিরালসে শংবাম্নরবা অতিয়াদা; পাইজসনু মনিং তৌনা অশেংবা ইরৈবাকী ঙুংশিত্তা!"—"জয় ভারত ইমাগী—!!"

—"জয়-হিন্দ"—

